Yenningtha Nangna Khongdoi Hullakpasida : A collection of Manipuri Poems by Borkanya

অহান্‌বা ফোঙ্‌বা : ফেব্রু ২০০৮
অফোঙ্‌বা : ডা. ক্ষিদংময়ুম ডাইমন্ড শর্ম্মা
মখুম্‌গী লাই : আব্ কে জয়কুমার্

কোপী মশীং : ৫০০
মমল্ : লুপা ৯৫
: অফোঙ্‌বা

**অইবগী ফোঙ্‌লবা লাইরিক্‌শিং:**

১। শিংগাবৈগী লৈকাদা (নোভেল্), ১৯৮৩
২। লোইনাইদ্রবা থরাযগী ঈশৈ (শৈরেং), ১৯৮৮
৩। উতোল্ অর্মদি উচেক্‌শিং (শৈরেং), ১৯৯১
৪। শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা (শৈরেং), ১৯৯৫
৫। মৈরী (নোভেল্), ২০০৩
৬। লৈকংলা (নোভেল্), ২০০৬
৭। নীংতম্বগী মমল্ (ৱারীমচা), ২০০৭

নম্ফম্ : ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, মোইরাংখোম্ লোক্লা ওবুং।

# অফোঙবগী ৱারোল

থোইদোক্লা সাহিত্যগী লমদা য়াম্না খঙ-হৈকৄবদি নংচদে অদুবু ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা ৱাবেং-শৈরেংবদি লৈরকখি। পাবা অমদি ইদুনা শান্নবদি পামজরকখি। মতম কুইনা থাদোকলুরবগী তুংদা ইচে ববকন্যাগা থেংনজকৄবদগী অমুক নৌহৌননা নিংশিংহন্বীখি।

ইচেগী (অয়িবী) ফোঙখ্রবা মমল য়ামলবা শৈরেং, উপন্যাস অমদি ৱারি-মচা কয়া অমা সাহিত্যগী পুক্কৈদা খুদোল তমখ্রবনি। ইচেনা (অয়িবী) মতম কুইনদগী ফোঙদোক্তুনা থমজরকপা মমল যামলবা শৈরেং কয়ানা লৈতেংলবা "য়েন্নিংথা নঙনা খোঙদোই হুল্লকপসিদা" হায়বা শৈরেং লাইরিক অসিবু সাহিত্যগী পুক্কৈদা মশিং অমা হেনগৎহনবগী খুদোংচাবা ফংজবা অসিমক ঐহাক্কী খ্বাইদগী লাইবক ফবনি।

শৈরেং লাইরিক অসিনা সাহিত্যবু নুংশিজবশিংগী মফমদা অনৌবা ইনোৎ অমদি তোপ-তোপ্পা মহাও অমা পীবা ঙমগনি হায়বসি ঐহাক্কী থাজবনি।

তাং ৮।১।২০০৮ ইং
উরিপোক

**ডা: হিদংময়ুম ডাইমন্ড শর্ম্মা**
উরিপোক হুইদ্রোম লৈকাই, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

শৈরেং করিনো? "মীওইবগী থম্মোয়দগী থোরক্পা থৱায়গী (আত্মাগী) খোন্থাংনি।" অসুম্না মহাপুরুষ্ অমনা (শ্রীঅরবীন্দ) হায়খিমাল্লে। ৱাফম্সি ঐসু খন্দুনতা লৈরি। ঐখোয়গী লৈবাক্তা হৌজিক্ শৈরেংগী ঈচাউ থোক্লি। মীনা তৌনৈ হায়দুনা তৌবা নত্তে। হিংশানা থল্লবা ৱাবনা চং ফংলবা মতম্সিদা থম্মোয়গী চৈনা কযা নিংঙাই কয়ানা শৈরেং ওন্ ওন্দুনা থম্মোয়দগী থোক্লকপনি। থৱায়গী খোন্থাং থক্তোরকপনি। অদুবু ঈনরিবশিংসিদা অকবা, মগুণ্ লৈবা, তুং কোইনা মতম্গী ঈথক্কা শীংনদুনা লেপ্হৌবা ঙম্বা শৈরেং কয়াম্ য়াওরবগে? মসিনি ঐখোয়না হংনগদবা। শৈরেংদি শৈরেংবু পাম্জবা মীশিংগীদমক্লি। হীংশা পাম্বশিংগী মফম্দদি চোইবোল্ ওইনা খল্লম্বসু য়াই। অদুনবা অসুক্কী মতীক শৈরেং থোবক্লবসু অসুক্কী মতিক্ হীংশা হেল্লক্লিবা? মেসেজ হায়নরিবা অসিমক্ শৈরেং শৃদিংমক্তা মশানা অদুম্ য়াওজরবনি। চোইবোল্লি খল্লবদি মসিগী কান্নবা কবিনো? অদুনা ফজবা উবগী নুংঙাইবা, অপেন্বা ফংনবা ফজবা মশক্ খঙবা তাই। মশক্ খঙনবা হোৎনবা তাই। শৈরেংগী ফজবদি ইংগিত্তা লৈ হায়বসি য়ানীংদুনসু খন্তবা নংহৌদনা প্রোপেগন্দাগী মশক চেন্বা শৈরেংশিংসু য়াওরর্কখি মসিমক্তি শৈরেংগী কলাদা লঙজবা অমনি।

সাহিত্য মনুংগী ইচে অমনা নোংমা ঐঙোন্দা চৈবা ওইনা হায়খি, "নঙদি শৈরেংদি সুক্ফোঙ্ ফোঙদ্রে শঙবাই অমুক্ লাইতং অমুক শাদুনা লৈরেনে" মাগী ৱাফম্সি খল্লু খল্লুরগা মাবু নুংশিবক্লি। কনানসু থৌনা ফনা ঐঙোন্দা অসুম্না নুংশিনা চৈবীবা য়াওখিদ্রি। মহাক্না অসুম্না হায়খিবসি ঐগী নোভেল্ অমদি ৱারীমচাগী লাইবিক্শিং মথং-মথং পুথোবক্পদনি। অহানবদদি শাউনীংবা পোকখি, "মাগী মথৌ করি লৈদুনা।" অদুবু হৌজিক্তি খঙলক্লে ঈশাগী শক্ ঈশানা ফজে খঙবসু হৌনশানি। হন্দক্তি ঐগী মচিং-মশোন্ নাইবা পৃক্লিংগী ঈথক্ অসে ঐগী শৈরেংদা ওইনা য়ৈররে অদুনা ঐনা মশিবু মীযাম্গী

খৃত্তা শিন্নজরি। মমাঙ্থক্তা ফোঙ্খিবা শৈরেং লাইরিক্শিংদা য়াওবা ফংখিদ্রবা ঐনা মীরায়বীরন্নবা শৈরেং খরা, ঐনা থিবা ফংখিদবা চেথী চেকুম্দা, থেংনবা অমদা ইশিনখিবা শৈরেং খরা নৌনা থেংনরুবদা অমুক্ হুন্দোক্লম্না ঙমদ্রদুনা পুল্লপ্ খোম্জিল্লগা হন্দক্ ফোঙ্বা লাইরিক্সিদা হাপ্চিঞ্জরি। অসিমক্তদসু শৈরেং খরা অমগা চীথহৌরে। মরাইবক্ লৈরবদি মথংগী তাঞ্জা অমা লাক্খিগনি। অতেন্বা শৈরেং ইবা য়াম্না পাম্জৈ। য়াওরিবা পরেং ৩/৩ না শাবা শৈবেংশিংসি হায়কু নুংকুগী ৱা নৎচদে ঐগী লন্নাই খৃৎইনি। ইং ১৯৯১ দা শৈরেংশিংসিগী লাইরিক্ অমা ফোঙ্গে খন্দুনা ইজখিবনি। অতেন্বা ঙাক্তা থম্নদু মপূং ফাগদবা মাল্লক্তুদুনা শিংজু ময়ান্দা পুথোক্চরবনি। লাইবিক্সিদা য়াওরিবা শৈবেং অয়াম্না জর্নেল্দা, এন্থোলোজিদা, (কল্চরেল্ ফোবমগী থম্নাল্ চাম্মনিপাল্) দা খবর্ (পোক্লফম্) দা হাপ্খ্রবা কবি সন্মেলন্দা পাথোক্খ্রবনি। লাইরিকসিদা) যাওবিবা "ইমা নঙগী লাইবক" হায়বসি পোক্লফমগী নোংমাইজিংগী লিটরেরি কলম্দা লাইবক্ থীবী ইমা" হায়না হাপ্চেখ্রবনি অদুবু মনিং লৈরবা কবি তামো ইবোম্চানা মমীংসি থোনবনা ফজগনি হায়বীরকপদগী ওহোকচখিবনি।

মগুন্ খঙ্বা, পাম্জবা মীওই খবা নত্তনা অযাম্বনা চোইরোল্ ওইনা লৌনববা, আর্টফোর্ম পুন্নমক্তগী খাইদগী রাংনাদি লৈবা শৈবেং হায়বা পোৎসিবু নুংশিবীদুনা লাইরিকসিগী পন্নীসর ওইবীগনি হায়না অমাঙ্-অতোংগী বাখল্ তৌদনা চোংথোক্পীবক্লিবা পুক্চেল্ চাউরবা ঐগী ইপা ইবুংঙো ডা. হিদংময়ুম্ ডাইমন্ড শর্ম্মাবু ঐনা তৌবীমল্ খঙ্বা উৎচবি। মহাক্লম্না মীওই মশীং যান্না চোংথোরক্পীরক্লবদি মগুণ লৈবা অফবা শৈবেং লাইরিক্শিং শোয়্দনা থোবক্লনি হায়বগী আশা তৌজনি অদুগা অরোয়্বদা লাইবিক্ অসিগী মখুম্গী লাই য়েক্পীবা ইকাইখুন্নজববা ওজা আর্ কে জয়্কুমার, লাইরিক্কী গেৎঅপ্ য়েংবীবা তামো ইবোম্চা অমসুং ইবোয়াইমা প্রিন্টর্সকী প্রোপ্রাইটর্ অমসুং প্রেসকী ষ্টাফ্শিংগী মফম্দসু তৌবীমল্ খঙ্বা উৎচরি।

ববকন্যা

১।১।২০০৮

# য়াওফম

১. য়েন্নীংথা নঙ্না খোঙ্দোই হুল্লক্পসিদা—১
২. নূংগী লাম্বন্—৪
৩. অঙাঙ্বা মচু—৬
৪. অশাওবা—৭
৫. অতিয়া—৮
৬. নঙ্গী ফীজোল্—৯
৭. নূং হৈর 'ফক্লাংদুসু লৈদুসু—১১
৮. নোংলৈসে—১৩
৯. অচাক্পা মৈবুল্—১৫
১০. অতিয়াগী শম্বল ৱাংমদসু—১৭
১১. ইবাক্—১৯
১২. চিঠি—২১
১৩. ইমা নঙ্গী লাইবক—২৩
১৪. অঙৌবা লৈ—২৫
১৫. ঐখোয়্গী লোক্তাক্—২৬
১৬. কোংগোল্ অমদা—২৯
১৭. হুমাংমল্ —৩০
১৮. মৈতৈ চনু —৩১
১৯. কুম্গী নোংজু—৩২
২০. চীন্বান্—৩৪
২১. কা অমদি সো—৩৫
২২. কুয়োম্—৩৭
২৩. সনথোঙ্দা—৩৯
২৪. শন্দ্রেম্বী—৪১
২৫. মী অমদি কৈ—৪৩
২৬. উমং—৪৫
২৭. থোঙ্নাউ অমদি বিল্দিং—৪৬
২৮. মীৎ—৪৭

২৯. খোঙ্ জূরা অনী—৪৯
৩০. অহীং অমগী ৱারী—৫০
৩১. খূৎশাগী ৱাবী—৫২
৩২. তিংখং নৎত্রগা লৈ—৫৩
৩৩. লূহুপ্—৫৪
৩৪. ইমাদা—৫৬
৩৫. যূম্লোন্নবা—৫৮
৩৬. ঈচেল্ অমসুং উপাল্—৬০
৩৭. খোঙ্চৎ অমা—৬৩
৩৮. লম্দোন্—৬৪
৩৯. ঊচি—৬৪
৪০. কৈগী ৱাবী—৬৪
৪১. পন্খৈসিগী ৱাংমদা—৬৫
৪২. চোংগাংলৈ —৬৫
৪৩. মোম্বত্তী—৬৫
৪৪. লম্নী—৬৬
৪৫. লম্খায্—৬৬
৪৬. শক্তম্—৬৬
৪৭. অনৌবা য়া—৬৭
৪৮. ইতিহাস্—৬৭
৪৯. চৈখল্—৬৭
৫০. য়ু—৬৮
৫১. মাইথীববা লান্মী—৬৮
৫২. নঙ্গী য়েন্নীং—৬৯
৫৩. লৈরাংগী লৈকাদা—৭১
৫৪. ঙম্খৈ—৭২
৫৫. লৈগী অৱাবা—৭৪
৫৬. মঙালগী ৱারী—৭৫
৫৭. চোক্পল্ অমসুং মীশিং —৭৭
৫৮. কাগী ফক্লাং —৭৯
৫৯. মিপাইরক্লে—৮১
৬০. নোং'ফাদোক—৮২

৬১. লান্—৮৪
৬২. পন্খৈ—৮৬
৬৩. ক্রিমেসন্ গ্রাউণ্ড—৮৭
৬৪. পৃথিবী—৮৮
৬৫. হৌদোং—৯০
৬৬. মরূপ্ য়েক্লবা—৯১
৬৭. গৌতম্দা—৯৩
৬৮. অপীক্পা ইমুংশিংগী ৱারী—৯৬
৬৯. চৈরাক্—৯৮
৭০. মৈৱায়রক্লবা খাংপোক্শঙ্—১০০
৭১. অমুবা শাটিন্ অদুগা মীশিং —১০২
৭২. মরূপ্—১০৪
৭৩. শটাব্দীগী ঈশৈ—১০৬
৭৪. অযেক্পা শক্তম্—১০৮
৭৫. অপীক্পা অঙাংশিংগী মশান্না—১০৯
৭৬. ঈপিষ্টল্—১১০
৭৭. কবি আব্ কে মধুবীর্গী মফম্দা—১১৪
৭৮. লেন্দ মাইন্—১১৭
৭৯. খোঙ্গুল্লক্তা—১১৯
৮০. ঙা—১২০
৮১. নঙ্না কেকু লোৎখ্রবদা—১২২
৮২. ফেমিনিজম্—১২৩
৮৩. থাঙ্ফম্—১২৫
৮৪. লান্ফম্—১২৬
৮৫. শৈরেং—১২৭
৮৬. য়েন্নীংথাগী অয়ুক্শিংদা—১২৮
৮৭. কবি মীনকেতন্দা—১৩১
৮৮. পাউ—১৩৩
৮৯. ঙসিগী ৱারী—১৩৪
৯০. য়েক্লবসু মরূপ্সু —১৩৫
৯১. সিজোফ্রেনিয়া—১৩৬

# য়েন্নীংথা নঙ্না খোঙ্দোই হুল্লক্পসিদা

হৈখা মপাল্ মাল্হৈ মপাল্
চৃম্ব্রে মপাল্ চীংথ্রাউ মপাল্না
শম্জীদা লৈতেংগন্বী
শৈজাক্ মপাল্ হংগাম্ মপাল্গী
নাচোম্ চিন্গন্বী
য়েন্নীংথা নঙ্না ভসিসু ঐগী থোঙ্জীন্দা লেপ্লরে
হৈনৌ মপাল্, নোবাব্ মপাল্গী মনম্
ফীগাও চোন্না য়োম্দুনা
ঐবু শান্নসি কাইহৌবরে।
কুমওন্ খৃদিং লেপ্লায়্দবী
নঙগী খোঙ্চৎনা য়ৌরক্লবদা
হংনীংই ঐনা, "কনাগী মপাউনো পুরক্লিবা?"
মচুগী আবের্ খুবাম্ থন্না পায়্দুনা
মায়কৈ খৃদিং অঙাঙবা অশঙবা
নাপু মচুগী ঈথক্লা থৃক্ষৎলবা
লম্নীশিংদা চাইর চাইরদুনা
নঙ্না খোঙ্দোই হুল্লক্পসিদা

ঈথক্ হৌর থম্মোয় লীশিং লীশিংলক্তা
কনানো অমবু য়েংনীংলক্লে ঙসিদি।
পোম্শাৎনবীশিংগী মীনোক্লক্তা
খোইনীংগী ঈশৈনা নিল্লবা
নঙ্গী লৈকোল্ লৈকোল্দা
খোঙ্থাং তপ্না থাংদুনা সহুম্ পীক্লা
কনানো অমবু লক্লনীংলক্লে।
কায় তোইরবা আশাগী ফূরা কয়াগী
নূংগাই চেগাইলক্তা
মমি শামি লোৎখ্রবসু কনানো অমগী শক্তম্না
খূৎলাম্ তোয়্না কৌরক্লে
মোমোন্ নোক্লা ঐবু য়েংলক্লে
পূক্লিংগী ৱাহৈ কয়া ফোঙ্লরে।
খূৎ থাংগত্তুনা থীল্লরে
ঐগী থম্মোয় খোঙ্জীন্দা
য়েন্নীংথা নঙ্না তৌবগুম্।
মতম্ অমা ঐনা ইখি শৈরেং কয়া
মাগী মিংগী অহৌবা ৱাহৈ লৌদুনা
মহাক্লা খঙ্বীখিদ্রবা
খঙ্গে হায়নসু হোৎনখিদ্রবা
তূম্বা য়াদ্রবা ঐগী অহীং কয়াগী ঈশৈ লৌদুনা
য়েন্নীংথা নঙ্নদি হায়বি
নুংশিবা হায়বসে খন্বা লৈত্রবা ঈফূৎনি।
ঐনসু অমুক্ হংলি
করিগীনো নঙ্না কুইর কুইরগা
অসুক্ নৌরক্লিবা
অসুক্ মপূং ফারক্লিবা
অসুক্ মমল্ লৈরক্লিবা ?
পুন্সিগী লম্শাঙ্ অমা হৌখ্রে।

লেম্‌হৌরিবা খোঙ্‌চৎসিগীদমক্ নুংনাংলক্লে
অদুবু নঙ্‌দি নোংম নোংমগী নশক্ ফজখৎলক্লি
নোংমা নোংমগী খোইহীনা থল্লক্লি
নঙ্‌গী খোইরাদা।
অদুনা ঐনা ৱাজৈ
নোংমদি ঐসু মীসুম্ লাইৱা হৈবী নঙ্‌গা কায়্‌নগনি
পাম্‌দা পাম্‌দা অরোয়্‌বা খূৎ হাইনরগনি।
ঐগী পুন্সিগী অঙন্‌বা অয়ুক্‌শিংদু
পাম্মুজনা ঙসিসু কোল্লি ঐনা
চেৎনা য়াম্না চেৎনা থম্মোয়্‌গী কাচিন্দা।
মতম্‌দুগী ঈৱাই ইনিল্‌না
থম্মোয়্‌দা খোম্থাং য়ৈবক্লি।
কয়াদা মঙাও থীখিবা কয়াদা লাঙ্‌তক্লখিবা
কয়াদা থৌনা ফখিবা
তাইবংপাল্ অপূম্না ঐগী ফীজিদা কিরিবগুম্,
অদুনা ঐনা ফাক্কত্তুনা হেক হেক য়েংজৈ
ঐগী পুন্সিগী লামায়্‌শিংবু
য়েন্নীংথা নঙ্‌না ঐগী থোঙ্‌জিন্দা লেপ্লবা খূদিং।
পুন্সিগী পুঙমদ্রবা কায়্‌না মৈচাক্ কয়াগী
নুংনাংবা লাঙ্‌তক্লবগী, অনৌবা আশাগী
নুংশা শ্ববতনা থল্লবা ঐগী শৈরেংশিংবু
মাঙ্‌দা শন্দোক্তুনা অমমম্‌তা ওইনা য়েংলিঙৈ
অমম্না মৈখুনা কুপ্‌শিল্লক্লবসু অতিয়া
অতেক্ অকায়্‌তনা থৎলবসু ঐগী লম্বী
মায়্‌কৈ খূদিং নিল্লক্লি ঐগী ঈশৈগী শৈহেক্তি।
কল্লক্ চাউবা কনানো ঐবু মায়্‌থীরে হায়্‌নীংলিবা
ঐ ইশানদি য়াজনীংদে হায়্‌বা
নীংথিবী য়েন্নীংথা নঙ্‌তনদি খঙ্‌ই—।

৩১ / ৩ / ২০০৫

# নূংগী লাম্বন্

এংগল্ কয়াদগী লৌদুনা য়েক্লবা
নঙ্গী শক্তম্শিংনা অৱাঙ্বা কলাগী
খূদোল্ ওইনা চীংলেম্না মফম্ কল্লি
মালেম্গী মচি মচিদা লৈরিবা আর্ট গেলেরিশিংদা
খূৎহৈবা কয়ানা হক্কুনা শেম্লবি নূংদা, উদা,
ধাতু মখল মখলশিংদা
মখোয়গী হৈজ শিংজবমখৈ উখোক্কুনা
থল্লি ম্যুজিয়ম্ কয়াদা নঙ্গী শক্তম্বু
মমি লাক্কুনা
অদুগা মখোয়না ফল্লী অৱাঙ্বা খূদাদা।
নোংজু নুংশানা মতম্গী ঈথক্লা য়ৈর য়ৈরগা
হেন্না হেন্না লংখৎলক্লি মখোয়গী শক্তম
হেন্না হেন্না ৱাংখৎলক্লি মখোয়্গী ফম্ফম
অতিয়াগী মরেপ তাল্লদুনা।
নঙগী ফজবী শক্তম্বু নঙ্গী লমচৎপু শৈথাদুনা
শকপা ঈশৈগী খোঙ্গাংতনা নিল্লি
মায়কৈ মবীমক্তা।
অদুগা নঙ্গী অশেঙ্বা শক্তম্না তুমিন্ লেপ্লক্লি
লোম্বোক্তবা নাপঙ্বগুম্ অসুক কুইবসি
মাঙ্খ্রবা মমি কাউখ্রবা চক্
কয়া কয়াদগী হৌরদুনা।

নঙ্না তৌরিবসি নিংঙাইনি
মরম্দি নঙ্গী অশেঙ্বা শক্তম্বু
নঙ্গী পুন্সিবু শৈথাবা ঙম্বা
অশৈবা অমত্তসু পোক্ত্রি ঙসিফাওবদা
মালেম্গী লৈমায়্থক্সিদা।
হাপ্হন্নীংবা মরূওইবা শম্বূ অদুসু
থিবা ফংদ্রি ঙসিফাওবদা
নঙ্গী হক্চাংদা লোত্তুনা লৈরিবা
মখোয়্বু মফম্ পীরিবা কলাকারশিংগী
কলাগী পোত্থোক্শিংসিদা।
নঙ্গী থনুংদনা কিলা কিলা পৈদুনা শেম্গৎলক্লিবা
নোংম নোংমগী ঝাংখৎলক্লিবা
নুংগী লান্বন্সিগী মরী মখোঙ্দি
কনানসু থিবা ফংদনা লৈবক্লি ঙসিফাওবদা।
সমুদ্রগী ঈমাই খেৎনা পাইরিবা খম্বাংচাক্শিংগী
নৎত্রগা অরাঙ্বা চীংয়াঙ্ লান্না পাইরিবা উরোকশিংগী
ঈশৈগী খোম্লাংনা নিল্লি নঙ্গী নাপ্পদা
অদুগা অমুক নশাগী থম্মোয়্নুংদা
লূপশিন্দুনা থিজৈ টীক্মাঙনখ্রবা
নঙ্গী পুন্সিগী ঈশৈ
চীন্বান্ লান্না যোঙ্দোক্কদবা পূক্লিংগী
ঝাহৈশিং খঙ্বীনবা তাবীনবা কনাসু লৈতবনা
পাউখোঙ্ চন্বী শান্নবি নশামক্কী পুন্সিগা।
অশেঙ্বা তাইবঙদদি ফংলি নঙ্গী নফম্
অমোৎপা শেংদোক্কবা নুরা ফদি
নৎত্রগা অমাংবা সুম্চীৎকুম্
কনানসু থৌশাবীদনা চেকশিন্বীদনা
য়েন্নখাদা, ইর্মুংগী কাচিন্ কাচিন্দা।

১৭/৫/২০০৪

# অঙাঙ্‌বা মচু

অঙাঙ্‌বা নৈগী ফৈদোম্ ফৈদোম্
থৱায় য়াওনা থানরি মীশিংনা
মচি মচিদা।
কুম্‌গী নোংজুনা য়ৈবদা
নৈশিংগী মরূনা পোক্‌খায়রক্কুনা
লাক্ল ফানঙম্‌দা চাইখায়রক্লে
মালেম্ শীন্‌বা থুংনা।
পীক্ল' পাম্বী মচাশিংনা খূরক্ হাঙ্‌দা শন্দোরক্লে।
য়েন্নীংথানা লাক্‌পদা নৈপালশিংদগী শাত্তোরক্লিবা
নৈশিংগী অঙাঙ্‌বা মচুগী ঈথক্লা
থূক্ষৎলক্লে অশংবা মালেম্ অদুগা চীং-পাৎ, ভুবেল।
মীওইবসু উনা উনা ওন্থোরক্লে
তনৌ তনৌবা মহাক্কী কুচু।
অপীকপা অঙাংশিংনা কাউথোক্‌খ্রে
মচু মচুগী কুম্মৈ
অঙৌবা অদুগা নাপু মচুগী ঈথক্তা
কৃবাকশিংনা তৌবগুম্ অমাং কোয়্‌রৈ তান্নবা
মখোয় মশেন্ খূৎশন্ননা
অশংবা উপাল্লক্তা, চীংয়াদা কেকু লোৎপী শান্নবা।
লমদা থাগী অঙনবা অয়ুক্কী
মঙাল্ শান্নবা নুমিৎপু
চেপ্‌থ চেপ্‌থ য়েংনরক্লে
অদুগা ময়া লাওনা কাথোক্কুনা
চাগদবগী চোংশিন্নরক্লে
হৈযাই অমুন্‌বনি খল্লদুনা

*১৬/৩/২০০৪*
*টি. বি. হোস্পিটাল, চীংমৈরোং।*

## অশাওবা

অপীক্‌পা অঙাংনা শাউবা
নুংশিবনা শাউবা
শক্‌হেন্‌বী নুজাগী চীন্‌বান্‌ ময়াগী
তোম্‌থিন্‌ ঙান্‌বী শন্দ্রগুম্‌
নুংশিবা চাম্মা চাম্মা হেনগৎলি।
অদুগা মালেম্‌গী মচি মচিদা
মখূৎনা নোংমৈ শীংলদুনা
পরেং পরেং চৎলিবা লান্‌মীশিংগী
শক্তি লৈরবা বোম্‌ মনম্‌দা পোদুনা
চৎলিবা টেরোরিষ্টশিংগী
অশাওবনা ঊৎ ওলহল্লি
মীওইবগী থম্মোয়নুংগী নুংশিববু।
লান্‌গী মৈ চূখৎলি
চম্‌জরবা থম্মোয়্‌ কোটি কোটিদা।
মৈরীক্‌ মৈখু, অতেক্‌ অকায়্‌, মপৈরক্তা
মখোয়্‌গী অশাওবনা চূখৎলি
মৈফম্‌ অমা য়েক্লবগী।

১৪/৩/২০০৪

# অতিয়া

চেক্ মোক্ লাউদ' থাশিগী অহীংদা
থব্রান্ ফীজং খন্দুনা লেপ্লি নঙ্না অতিয়া।
মায়্কৈ শলাই খঙ্দা হুম্দোক্পীখ্রবসু
নঙ্গী শম্লাং মঙাওথীবা নোংলৈনা
মোং হাদা খোম্জীঞ্জে অদুগা পুন্সিঞ্জে
কুম্গী নোংজু লাক্পদা।
তপ্পা তপ্পা কোন্সিঞ্জে নথানুং'
নরান্নংনি খন্দুনা
উন্ পুবা নিংথম্গী নুংশিৎ
অথাক্ অরাও কয়াবু।
অদুগা মোমোন্ নোক্লা লেপ্লি নঙ্না
নপা লৈতনা ফজবী ওইনা পুর্ণিমাগী অহীংদা।

২২ / ২ / ২০০৪

## নঙ্গী ফীজোল্

### ( লুংনিলা ইলিজাবেথ্ লৈতবদা ইখিবা )

পুম্ভৌ ফনেক্লা নঙ্গী নুংতিগী ফীজোল্ ওইরক্লে
অঙৌবা ইন্নফি অমুবা চন্দন্না
নঙ্গী লৈতেং ওইরক্লে ।
নচাশিংনা পাম্জনা
নঙ্গীদমক্ থোন্বীবা ফীজোল্দি অসিরা
ইমা অসিরা ?
মথোঙ্ চাদেদা নচাশিংসে
ওহ্লোক্লসু মথোঙ্ চাদেদা ।
নোংমনা ময়াম্বনা মনাওনুপাগী
মথবাক্ শেগায়্দুনা ঈ চূপকনি ।
নোংমনা মৌপ্পানা মচেগী
ফীজোল্ পূম্নমক্ কোয়্হন্বীগনি
করেম্ কথায়্নবীগনি ।
নচা খরনা ক্লোয়্চৎ চৎলি
জাইয়ারগী অশঙবা য়োংশিংনা তৌবগুম্
নৎত্রগা চিম্পাঞ্জিশিংনা তৌবগুম্
মহীক পক্লবা মশাদগী ঈথেংশিং

চাইশিন্ চাইশিন্দুনা অতোপ্পগী মশাদা।
নচা খরনা পীক্লিবা মরাল্ লৈজদ্রবা
মচাগুল্লবা অঙাংবু হাত্তুনা
লংথোরক্লে বোরাখাউদা হাপ্তুনা
অশিবা হূই লংথোক্‌পগুম্না।
মখোয় লোইনমক্ হীয়াঙ অথৌবা
ওঙ্খোরক্লে তপ্না তপ্না।
চিতাগী মৈখূতনা মপ্লে নঙগী অতিয়া।
কদায়দনো নঙগী অশঙবা অতিয়া
থা, থৱান্মিচাক্, লৈচীল্, নোং
নোংজাবীগী শাথেক্ কদায়দনো
ইমা কদায়দনো ?
নঙগী শংবান্নবা লৌবুক, চীং, পাৎ, তুরেল
পূন্নমক্ শঙজিন্খ্রে নচাশিংগী
মশাদগী শিঙ্গরক্‌পা ঈখেংগী মচুনা।
অদুবু নঙদি মোমোন্ নোক্লা শারি জগোয় ঙসিসু
ঈং তপ্লবা লৈমা জগোয়গী শাথেক্তা
পূক্লিং সুস্কাৎপা জগোয় বাস্কী খূথেক্তা
নুংশিবা তৌদ্রিগী খোঞ্জেল্‌না
তিনখ্রবসু মীকপ্ মীরাওগী ঈথক্তা।
অদুননিনে ঙসি নঙবু নীংজবা নচাশিংনা
থৱায় খূবাক্তা হাপ্তুনা চোক্‌থবা লৈত
চেন্ চোংলিবসে মালেম্‌গী শান্নবুংদা
নঙগীদমক্ হিংলি তাক্লিবসে।
নঙদি অঙকপা মমানি।
নঙগুম্ অখাঙ কন্‌বী লৈতে
কদায়দসু ঙসিগী মালেম্‌শিদা।

১২ / ১২ / ২০০৩

# নূং হৈর’ ফক্লাংদুসু লৈদুসু

নূং হৈর’ ফক্লাংগী মরুম্‌দা
নোংমা নোংমগী কাঙ্‌দোং ফারক্লি লৈপাল্‌ অমা
ফুইর’ নোংজু নোংখোঙ্‌দা

নোংলৈ নুংশিৎ, ৱাক্চীংগী উন্‌খাদা।
অসুম্ অসুম্ তপ্না তপ্না
থিন্দোরক্‌ই পোম্বোম্ পোম্বোম্
তনৌ তনৌবী মপাল্‌শিং।
লৈশাৎ তম্লক্‌ই ফৃগাইনা
লৈহীনা নীক্ নীক্ লৈকা খৃদিং
য়েন্নীংথাগী অয়ুক্তসু
নাকেন্থাগী নুমিদাংৱাইরম্‌দসু।
লীরিবা মালংগী সহুম্‌দা
নীংথিবী থোৎলবী লৈকানা ঙাথু থেংথু
নৃংহৈর' ফল্লাংগী মশাদা
সুম্মাৎপী লৈনম্ কেকু লোৎলি মহাক্কী ফীজিদা
নৃংহৈর' ফল্লাংনদি য়েংলি মিতাজনা
চেপ্‌থ চেপ্‌থ
মনম্‌দা মিবাং থাক্লিবা মিশিং।
মীৎকুপ্ অমত্তসু মীৎচিনফাও য়েংলুদে
মথবাক্তা শাৎলিবা অদুগা মখোঙ্‌দা
চোইজাইননা কেল্লিবা লৈরাংশিংগী লৈনাদা।
লৈনম্না মায়কৈ লাং থাক্লদুনা
কোয়্‌পাই পাইবৈ কুরাক্‌শিং
লৈহী ঈখৌ লাংদুনা।
মহাক্কী অকোয়্‌বদা শন্দোক্লি
মচুগী ঈথক্ ঈপোম্‌শিং
মচু মচুগী কুবাক্ মশানা।
অদুবু মচী লেঙ্‌দা তারি
মহাক্কী নৃংগী থম্মোয়্
নৃংদা নৃং ওই কল্বা কল্লেংনরদুনা।

*১৬ / ৪ / ২০০৩*
*রিম্‌স্ হোস্পিটাল্।*

# নোংলৈসে

কুইরে ঐখোয়্না য়েংলক্লিবা মাঙ্দা খিল্লিবা
মচোই মচোই মচেৎ তানা কায়্রবা
মিংশেল্দা তাবিবা
মপৃং ফাদ্রবা শক্তম্শিংসে
কুইরে ঐখোয়্না য়েংলক্লিবা।
মচেৎ অমদা ঐগী মীৎ
মচেৎ অমদা ঐগী খজাই
অসুন্না খোঙ্ খুৎ থবাক্ ঙকশম্
পূন্নমক্ মচোই মচোই তাবে ঙসিদি
অকায়্বা মিংশেল্ মচেৎশিংগী মমিশিংসে।
হৌখ্রবা চক্ কয়াদগী অসুন্না
তারক্লবা শক্তমবু য়েংদুনা লাক্লি
ঐখোয্ অনীনা
অদুবু নোংমত্তসু শোন্দে লাঙ্তক্লবসু
পোক্তে ৱাহং অমত্তসু থাংগৎলক্কে
করিগীনো হায়্না।
লেপ্লি নঙ্না চীংজাওগুম্
নশোং ফল্লদুনা নৎত্রগা
চেক্লাগুম্ কোইপাই পাইরদুনা
মালেম্গী চিথেক কোঞ্জিল্দা
পুন্সিন্দুনা থম্বীরগা ঐবুদি
অকায়্বা মিংশেল্গী মমাঙ্সিদা

লেঙ্ ওৎপা ঙম্দনবা

ইশাগী শক্ওই চাদ্রবা শক্তম্সে

য়েংহন্দুনা।
মমিশিংসি য়েংদুনা মঙ্ মঙ্লি ঐনা
অদুঙৈগী ইন্খৎলক্পা মতম্দা
পোম্শাৎনবীশিংগা তেম্শীংননা
লৈশাৎ তম্খিবদো ঐনা
হাইনা হুন্না মালংগী সহুম্দা
পাক্লবা মপান্ নাইদ্রবা শংবান্নবা
অতিয়াগী ফীজং মখাদা।
মপোপ্ কায়্দা শাৎকাইরম্মী
মাঙ্দা লৈরিবা মিংশেল্সিদা
তাইবঙ্ পূম্ববু সুম্মৎতুনা।
মসিবু য়েংবা হৈনদ্রবগুম্
ইপেন্ পেন্দ্রবগুম্
থুগাইখিবনি
নখূৎমক্না নূং পায়্দুনা
নঙ্না ইনাক্তা হেক্ লেপ্লবা মীৎকুপ্তুদা।
লাংওল্ কয়া কয়াদগী
অমম্বা ফীজংনা কুপ্তুনা লাক্লবসু
চীংজাও কয়ানা থৎলবসু
থিংবা ঙম্দা হৌরক্লে ঙসিদি নোংলৈসে
থম্মোয়্ লীশিং লীশিংদগী
অকায়্বা মিংশেল্দা তারিবা মমিশিংগী।
হৌরক্লিবা নোংলৈ অসে অরেম্বা নত্তে
কনাগী মাইকৈ তল্লক্পসু নত্তে নঙ্গী নথক্তনি
সুপ্নগী নঙ্গী নথক্তনি।

*৪।২।২০০৪*
*মণিপুর্ ভবন্ কোল্কতা, রোলেণ্ড রোদ্।*

## অচাক্পা মৈবুল্

অচাক্পা মৈবুল্নি ঐদি
চক্ কয়াদগী লাউখোংনা চাক্লক্লিবা
লেপ্পা লৈতনা লোইবা লৈতনা।

মৈশা পীরদুনা মঙাল্ পীরদুনা
লেপল্লক্লি ঐনা নঙ্গীদমক্
অসুক্ কুইবসে সৌরজগৎ অসিনা
শাফোঙ্লকপা মীৎকুপ্পুদগী হৌরদুনা।
লৈশাৎ তল্লি লৈরাংশিং
থেক্ক থেক্ নৌগ নৌ লৈপাল্দা।
মপোক্ লাংওল্ কয়াগী পাউখোং চল্লদুনা
পাল্লি হৈরাঙ্শিং জূম্-জূম্
লুরূক্হন্না হৈপাল্শিংবু।
হায়য়ু লৈরমগদ্রা মখোয় করিগুম্বদা
লৈবমদ্রবা ঐনা অচাক্পা মৈবুল্ ওই
অহাঙ্বসিদা ?
অদুগা করিগীনো কবিগীনো
হেক্ হেক্ খঞ্জিল্লিবা নঙনা
অমঙ্বা নোংগী মপৈ ওইনা
নৎত্রগা অমম্বা লৈচীল্ মপৈ ওইনা
ঐগী লম্বীবু থৎলিবা
খঞ্জিল্লদুনা ইশাদগী থাক্তোক্লিবা
মঙাল্ খূদিংবু মালেম্গী তম্পাক্
য়ৌথ্রগনি মিপাইদুনা।
ঐ খঙ্ই নঙ্দি উন্না কূপ্লবা চীংদোল্লি
খাঙ্ওমদ্রবা ঐগী মৈশাদা শৌদোক্রুনা
ঈচেল্ নাইনা চেপ্পরিবা।
অদুনরা নঙনা লৈচীল্ ওন্দুনা
নোং ওন্দুনা ঐগী লম্বীবু থৎলিবা
ঐবু মাইথীবা পীগে খল্লীবা ?

*৪।২।২০০৪*
*মণিপুর ভবন্ কোলকতা, রোলেণ্ড রোদ্।*

## অতিয়াগী শম্বল্ ব্রাংমদসু

কুম্জা কয়া অমম্বা ফৈজুপ্কী
লৈরোন্নুংদা সুম্বীরুরবসু
মীৎকপ্ থোরক্লবা অনৌবা নুমিৎনা
নাথৈবীগ্রবসু

লৈরাং শাৎলিবা লৈকোল্‌নি ঐনা পাল্লিবদি
নীক্ নীক্ চোল্লবা লৈয়োন্‌গী লৈহীনি
পূক্লিং সুম্হৎপী লৈনম্লি
ঐগী মঙ্‌লান্দি।
খোইমু খোইনীংগী ঈশৈগী খোন্থাংনি
থম্মোয়্‌না ঈখৌ লাংলিবদি।
অদুনা তূক্কচৈ ঐনা নঙ্‌বু
য়েংনীংদে ঐনা নঙ্‌বু।
ঐ খঙ্‌ই খঙ্‌দবা নত্তে খঙ্‌ই
চৎলিবা লম্বীসিগী লম্‌দোন্দা
ঈথক্ হৌরিবা মচু মচুগী লৈশিংগী
লম্বীসিগী অসোম্ ৱাংমদা
নঙ্‌না লেপ্লি হায়বা
খূৎ হৎনা কৌরদুনা ঐবু।
নঙ্‌গী ঈংলবা উন্‌গী খূৎশাশিংনা
ঐবু চেৎনা কোন্‌গদবগী লাঙ্‌তক্লনা
ঙাইরদুনা।
অদুবু হে! মোংফম্,
নঙ্‌গী তেক্ কায়ববা অদুগা কীন্থববা
শক্তম্‌দুগী মরুম্‌দা মমল্ লৈত খিল্লিবা
উৎপূংদু নত্তে ঐগী মঙ্‌দি।
নঙ্‌না মায়থীদুনতা লৈরগদবা
লম্‌দোন্ নাইদ্র' মালংগী লম্বী থৎলিবা
চূম্‌থাংগী মচু তরেত্তুনি।
সমুদ্রগী ঈরাউখোন্‌গুম্
নিন্দুনতা লৈহৌবা অদুনি
ঐগী ঈশৈনা অতিয়াগী শম্বল্ ৱাংমদসু

৫।২।২০০৪
ময়ূরভঞ্জ রোদ কোল্‌কতা।

# ইরাক্

নঙ্গী শক্তম উকরগা
নঙ্গী অরাবা বাবী তারুরগা
নঙ্গীদমক্ কবিগুম্না খরদি তৌনীংই
নঙ্গী অরাবদা শক্নক যাজনীংই।
অদুবু করিবু তৌবা ঙম্গনি
ঐগুম্না মী অমনা ?
ঐদি যীযুসু নত্তে, মহাত্মাসু নত্তে
ওশামাসু নত্তে
শৈরেংতনি ঐনা ইবা ঙম্না করিসু
তৌবা ঙম্দে
অদুনা ইবি ঐনা শৈরেং অমা নঙ্গীদমক্।
খঙ্দে মসিনা করিবু কান্নগনি
শীংনবগী শক্তিগী অদুগা
নাপল্গী মৈবীনা লাউখোংনা
চাক্লিবা ঙসিগী মালেম্সিদা ?
মৈচাক্ ফংলবী নঙ্গী নফম্দা ?
ঙসিদি মতম কুইনদগী লাল্লুম্মক্পা
কল্লক্ খম্নবগী মৈরীনা

তাংগোই তানা চাক্খ্রে নঙ্গী
ফজবী শক্তম্ নরল্ নথুম্ পূন্নমক,
চীংয়া তময়া লৌবুক্ লম্মাং,
অসিদসু নত্তনা অথৌবা নচাশিং
অদুগা নপুরোইবা।
মখোয়্না শম্বল্ খারন্বা
নঙ্গী নীংথিবী সুম্মৎপী হক্চাংনা
য়াম্পক্ তারি ফীজোল্ অমত্তসু থোংদনা
মিসাইল্গী মৈরীনা চাক্থেক্খ্রবা
লৈমায়্থক্তা।
করাম্ চাউবা লম্ফুইশিংনা
মিনুংশি মরীক্ অমত্তসু পক্তনা
শায়েন্ ঙায়েন্নরি
নঙ্গী অরোন্বা হক্চাংগী থুপ্লবা
লম্থুম্ পূন্নমক্পু
ময়ানা চীক্থত্তুনা খূজিন্না খোত্তুনা।
অদুগা হায়্বা শারি
মীওইবগীদমক্তি মালেম্সিগীনি।
মীওইবগী করাম্ চাউবা শাজৎসিনা
লৈরিবমখৈ থেংনখিবনি ঐখোয়্না
নঙ্গুম্বী কয়া হে! ইরাক্।
নীংশিংহল্লে ঙসিদি নৌহৌননা নঙ্গী
শক্তমসিনা হীরোসিমা অদুগা নাগাশাকি
অৱা চৈনাখোল্না মতম্ কুইনা
সুম্বীরুবদগী মীৎকপ্ থোক্চরক্পতমক্ ঙায়্রিবী
মসিবু মীওইবগী ইতিহাস্লা
শারংথোক্কী থম্মোয়্রা?

*১৪। ৪। ২০০৩*
*রিম্স্ হোস্পিটাল্।*

# চিঠি

কবিগুন্বা মীৎকুপ্তা
ঐনা নঙ্গা শক্থেঙ্নবন্নবা
হংগনি ব্রাহং কযা—
পীক্লিবা মবাল্ লৈর্জদ্রিবা
অঙাং কযাবু কবিগী মোংফম্দা
নীংঙাইদনা শুম্বীবগে নহাক্লা
চেন চোংনা হবা ও তযান্না
শান্নজবা ফংহন্দনা নঙগী হৈকোল্ লৈকোল্‌শিংদা ?
মবাল্ লৈজদ্রবা চম্‌জববা মীওই কযাবু
মকোক্ অমুক্ হাইগৎচবা ঙম্‌জদনবা
কবিগী নঙ্না ইন্দবগে লুববা
অব্রাবগী লোক্লুংদা ?
মীওই কযা কযাবুনা নঙ্গী ফজববা
খুদোল্‌শিংসি মবীক্ অমত্তা
উজবা তাজবা ফংহন্দনা
তম্‌থীবা চৈবাক্ পীবি নহাক্লা।
পুক্নিদা অবান্নবতা তৌবক্লবা
মশাগীতা যেংবদা মিনুংশি
মবীক্ পক্রুবা মীওই কযা কযাবুনা
অব্রাংবা ফম্পাক্তা থাংগৎতুনা

করিগী থম্বীবগে নহাক্না ?
নঙগী তাইওন্নবা লম্চৎশিংসিনা
নঙবুসু হেক্ হেক্ উহল্লক্ই—
নঙবু লাৎচরিবা পুজারিগী শক্তম্ ওইনা
কৎলগা হরাওবা কৎত্রগা শাউবা ।
অদুবু মসিদি সুপ্নগী নিংঙাই অমখক্তি
নঙবু তশেংনা ব্রারৌবদি ঙমজদে ।
পুন্সিসিনা অহান্বা মীৎ হেক্ পাঙথোরকপদা
শক্খঙনহল্লে নঙগী
অতিয়া, মালেম্, থা-থব্রান্মিচাক্
লৈচীল্ নোং মালংবগা ।
নঙগী অঙাঙবা ঈখেংতনা মচু শঙবীবি
হক্চাংগী শিংলী শিংলীদা ।
নঙগী মিংথৈগী ময়েক্ খূদিংনা
তান্ থারি মিহুল্শিংদা
অদুনা ফাওবি থম্মোয়্সিদা
নঙগী লমন্ অমদি তোল্লি হায়না ।
অমম্ অঙান্ অনীগী লংদাইদা
নঙনা কেকু লোৎলি ।
শকউদবা নখূৎনা শিন চিংলদুনা
পাউখোং কয়া চল্লি লেপ্তুনা।
ব্রাহংশিংগী পাউখুম্ ফংদনা
ফোংঙমদ্রবা পাউখোংশিংসি পুদুনা
অসুম্ চৎখিগদবরা ঐখোয়্না
তাম্লবা খাংপোক্শঙদা
নঙগী থাবল্গী ব্রাংমদা ।

*১৬ / ৪ / ২০০৩*
*রিম্স্ হোস্পিটাল্ ।*

# ইমা নঙ্গী লাইবক্

কনানা হায্বীরকসু নঙবু
অকন্‌বা পোকপীনি লাইবক্ ফবীনি
অথেঙ্‌বা অহীং খূদিং নঙদি হীক্লা কপ্লি।
কপ্লিবা মীকপ্‌খোন্ অসে

মমাবু নুংশিজবা মচা কনানা
তাদবা ঙম্গনি ইমা ?
পুন্সিগী অরুবা তাংফম্ কয়াদা
অৱা কোংগায় কাউথোক্কুনা
মোমোন্ নোক্খি নঙনা
অদুগৈ কাঙদোং ফাদ্রিবা নচাশিংনা
ননাক্তা কোয়না ফল্লিগৈ
পীক্ল মখুৎশিংনা নঙগী
মীৎলু পিরাংবু তৈথোক্কে হায়না তেম্শীংলিগৈ।
নোংলৈ নুংশিৎ কয়াবু
নঙগী খাংপোক্শঙদা হুম্জিল্লকপা
ঙাক্থোক্কে হায়না ৱাশক্খি
মখোয়গী থোৎলবা মপৃং ফাদ্রিবা
থবাক্শিংনা লোংনা য়াদুনা।
ইমা নঙমুক্ লাইবক্ ফবী মমা অমা
লৈরম্দে মতম্দুদা।
নঙগী আশাদা হিংজরম্বা
নঙগী খোঞ্জেলতবু ঙাইজরম্বা
নঙোন্দা পৃম্ঙাও ঙাওজরম্বা
পীক্লিবা নচাশিংসিনা
শারেপ্ ফারক্লগদি
তীন্ফা কাক্ফে ওঙ্কোরক্লে তপ্না তপ্না।
নঙগী লৃ তোংদা নপুনা
ঈ চৃপ্পগী পেন্বা নাইরক্করে
অদুনা লৈত্রে নঙমুক্ লাইবক্ থীবী
মমা অমা ঙসিগী মালেম্সিদা
হে! ইমা পোক্লফম্ লম্দম্।

*২৬ / ৬ / ২০০৩*
*তেরা।*

# অঙৌবা লৈ

মীৎ পাঙ্থোক্নুনা মীৎনা উরিবা লম্‌দোন্দা
মীৎ উইশিন্দুনা মীৎনা উবা ঙম্‌দ্রবা
অমম্বগী লৈরোম্নুংদা থিরি ঐখোয়্না
কদায়্দা লৈশাৎ তন্নিবগে হায়্না
অঙৌবা লৈ নঙ্‌বু ।
অমক্‌পা অমত্তা য়াওদনা
মোমোন্‌ নোক্লা মকা লাম্না
লৈশাৎ তম্‌দুনসু উবা ফংদে
ঐখোয়্গী মীৎনদি মফম্‌ কদায়্দসু নঙ্‌বু ।
মহৃ পুরবা শারৌ কয়ানা
তপ্পা তপ্পা ফন্দোক্লদুনা
মখোয়্গী মতোক্‌শিং
লেপ্পা লোইবা লৈতনা হৃ কাম্‌শিল্লি
নঙ্গী তঙৌ তঙৌবী লৈকাবু
অমুবা মচুদা ওন্থোক্‌হল্লবা ।
ময়ায়্ কল্লবা হৃশিংনা
মম্‌শিন্‌হন্‌খ্রবদা ঐখোয়গী মীৎশিং
শৃৎ-শা কোয়্‌মা মারি
মফম্‌ অমদগী মফম অমদা ঐখোয়্
নঙ্গী তনৌ তনৌবী লৈকানা
অকিবা অমত্তা য়াওদনা
অমক্‌পা অমত্তা য়াওদনা
মকা লাম্না লৈশাৎ তম্বদু
উনীংবনা লাঙ্‌তক্লদুনা ।

*৬ । ১০ । ২০০৩*
*তেরা ।*

# ঐখোয়্গী লোক্তাক্

লোক্তাক্ লোক্তাক্ লোক্তাক্
নঙ্দি ঐখোয়্গী থৱায়্নি, পুন্সিনি
ঐখোয়্গী নাপল্নি।
চহী লীশিং লীশিং কয়াগী থোঙ্জিন্দা
নঙ্না লেপ্লক্লি চাউ শাংলবী নপাম্বোম্না
ঐখোয়্বু কোন্সিনবীদুনা।
মীয়োক্ মীচান্ ফবী নঙ্গী নশাইকোন্দা
লায়্রবা কোটি কোটিগী তাংজফম্
শাইদাংফম্ ওইরক্লবী।
ইবুধৌ থাংজীং হরাওবুং

শাইনোন্না জূম্ জূম্ তারবী শন্নাং কোইকক্লরিবী
শানৌশিংগী ঈং তপ্লবা লৈমা জগোয়্গী শাথেক্কা
শাগোন্নবা লৈনা জগোয় শাজখিবী
ঐখোয়্গী নুংশিবী লোক্তাক্
নঙ্দি তশেংনা ঐখোয়্গী শকয়েং মিংশেলনি
নঙ্গী লূরবা লুরবা ইশা মাপন্নুংদা
খোঙ্গাং য়েখি মোইরাং কংলৈরোন্গী
শায়োন্ তরেৎকী ঈশৈ
পেনাগী চৈজীং শুর্দা, খূলং ঈশৈগী তাঙ্গাদা
অশৈবা মৈদিংগোল্গী শৈশক্তা।
তোনু লাইজীংলেম্বী কদেং থাংজহন্বগী
মীৎলুগী পিরাংনা চল্লম্বা পাউখোঙ্
খুয়োন্ ঙৌব মশোয়্বুং
হাওবা কোনুগী নুংওন্বা থম্মোয়্গী
মপাউখোল্
থমংখোংগী খোংজীন্দা শনবিক্ মচুম্ থক্লখিবা
ব্রাশক্ পন্দোল্ লোম্নখিবা
খম্বা থোইবীগী নুংশি ব্রারী
চেৎনা পরৈ কিশি লাক্তুনা
লোৎলি ঙসিসু নঙ্গী ফীজিনুংদা।
থাঙ্গী হৈকোল্দা করাংগী লৈকোল্দা
চেন্না চোংনা শান্নজবা ক্লাক্তাগী
নুংশিৎ নামিবনা লিরি লিরি
লৈনা লৈনা পুখৎলি ঙাথি ঙানৈবশিংগী
পুক্সি ঈশৈ নঙ্গী অতিয়াদা।
হূপ্লৌ হানৌ ব্রাইনু চারালক্তগী
হৈকক্ য়েল্লি কম্বোং মনৌরক্তা শাইদাংবী
উথুম্গী ঈমাইখোন্না খোঙ্গাং য়েবা

"তূম্ তূম্" তাম্বাদা লমংাানু উমু উরেম্বীনা
ঈমাইখেৎনা লৈনা লৈনা পাইদুনা হৌগ্রবা ৰারী শীংবুলবু
লীরি তুংলম্চৎকী মীরোল্শিংদা।
শেন্দ্রাগী চীংয়া নপ্লা পাইরিবা উরোক্কী
অঙৌবা লুপা মচুগী শারুংশিংনা
খপ্ল খপ্লদুনা ঈংলবা নুংশিত্তা তাউরদুনা
তল্লি নপাউ নুংশিবী নঙগী য়েল্হৌঙৈগী
কাউজল্লীবা মীওইবদা।
চহী কয়াগী মতৃংসিদা ঙসিদি
নঙনা লেপ্লি লেংঙম্ শাঙমদ' তুশোন মানশোন্ননা
ফত্ত হৌদি অমোৎপা ময়োম্ ময়োম্
নাউপুদুনা নঙগী পীবুক্লুংদা।
অথাবা ফুম্দিগী লৈরোল্ লৈবোল্না
নঙগী মাইথোঙবু মপৃংফানা লোৎশিন্গদবগী
তেম্শীংলদুনা।
অসুম্ অসুম্ উনা উনা নঙগী শক্তম্বু
কাউশিল্লক্লে ঐখোয়সু।
নঙবু কাউখিবা হায়বসে
ইশানা ইশাবু কাউজবনি।
নঙোন্দা অমক্পা অরানবা অমা
লৈবা হায়বসে
ঐখোয়গী পুন্সিগী চাউরবা অশোয়বনি
লোক্তাক্ লোক্তাক্ নুংশিবী ঐখোয়গী
পাম্মুজবী লোক্তাক্,
নঙদি ঐখোয়গী পুন্সিনি থৱায়নি
ঐখোয়গী নাপল্নি।

*১০/৮/২০০৩*
*তেরা।*

# কোংগোল্ অমদা

ঈপাক্সিদা নঙসু তাউখৎলক্কবনি কোংগোল্ ওইনা
কৈদৌঙৈ তাক্কনি কনানা খঙলুনি ?
হে! চম্জরবা
মঙাল্ মশেক্তনা থল্লম্বা নঙগী লম্বীদা
কুপ্লক্খিঙৈ মচু মক্ল মৈখু মপৈসিনা
নঙগী থম্মোয়্দা কাউঙমদা থাঙফম্ হক্খিবদাই
মৈচাক্ অসে মৈপুনবদা।
অদুবু পুন্সিনদি থিরি পন্থুংফম্ অমা
ফংবা কৌবদি লৈত্রবা।
লম্শাং চৎপদা চোক্থববা
হুমাং তার' নহক্চাং
নত্তেনে হুমাং, ঈরিক্লি
লাম্থোঙ্ শোয়্বগী ঈখেংলক্তনি নশাগী
নঙনা ঙসি ঈরাক্করিবা।
ঙসিদি নঙনা লৌরে
মায়্থীবনি হায়না পুন্সিবু।
হায়্যু কনানন্নো নঙবু ইন্থখিবা
শুক্ল মায়্থীবগী লোক্লুংদা ?

১৯৭৯
*কৈশাম্পাৎ।*

## হূমাংমল্

মীৎকুপ্ মীৎকুপ্তা থোন্গৎলি ঐনা
লৈতূম্ অমদগী লৈতূম্ অমা
ৰানা হূমাং ঈরীক্ তানা
পুন্সিগী অহাঙবা শরক্ শরক্তা,
অদুগা নঙনা থৌজিল্লক্ই য়োৎকী রোল্লব্
তক্শিল্লক্ই পন্দনা ইথক্সিদা।
কনাগী করি য়েংদনা তক্শিল্লক্ই পন্দনা ইথক্সিদা।
থোন্গৎচবা য়ূম্ফম্ য়াওনা
হূমাং ঈরিক য়াওনা
মীৎলু পিরাং য়াওনা
পুন্সি ফাওবা য়াওনা
ঊফুল্ ওন্খ্রসনু থৌরাঙলিবা
খল্লু নঙসু অমুক্তদি
ঐগী মাঙনবা শীল্লিবদু
নঙগী লৈখা তাবনি
নশামক্কী শাইজিন্দা নখূৎনা মৈ চূজবনি।

১৯৭৯

*লম্ফেল সনা কৈথেল।*

# মৈতৈ চনু

লৈরাংগুম্ থোংনৌবী ওইরবসু নঙ্দি কালেনগী লৈপাক্লৈনি।
নরেংবান্দা তোংহন্দুনা পাংগল্লবা কয়াবু
অমুন্‌বা উহৈ হেক্‌হন্‌খি
অৱাংবা চীংদোল্ লোম্‌হন্‌খি।
নঙ্গী থোং নৌরবী খূয়ানা
শোঙ্‌লবা নারক্তা তিংখংগী চৈনা খাঙ্‌লক্লি
মহূ পান্‌বশিংগী হূগী চৈনা খাঙ্‌লক্লি।
"নঙ্দি তোম্‌থিন ঙান্‌বীনি
ৱাংনা থোক্লিবী থৱানমিচাক্লি
মৈতৈ চনু লাইবক্ ফবী।"
খোঙ্খাং য়ৈরক্লি পল্লোন্ অমদগী পল্লোন্ অমা।
অদুবু মসিখক্তনা নহাক্কী মঙ্‌লাল্লা?
লোত্তুনা লৈরি পাউখোং কয়া
ফীজং কয়াগী মরুম্‌দা
পিগী ঈচেল্ ৱাংমদা।
খঙ্বীরবরা নহাক্কী কখোক্‌পা
পাংগল্লবা কনানা?
ফোঙ্‌গে হোৎনৱীরবরা পাউখোং
নঙ্গী থম্মোয়্‌না চল্লিবা
লৌশিং চাউবা কনানা?

১৯৯৯

# কুম্‌গী নোংজু

লৌবুক্‌ লম্মাং পূন্নমক্‌ লৈক্রক্‌ চৎলক্লে।
অতিয়াদগী য়াক্লা মৈশা হৈথরক্‌ই
শাউরবা নুমিৎনা
মবৈ কোটি তিংথোক্লদুনা।
উৎ ওল্‌হল্লগে থৌরাংলক্লে মালেম্‌ অপূন্নবু।
কুইরক্লে পীক্লিবা অঙাংশিংনা শান্নবা ফংলক্তবা।
মখোয়্‌না য়েংখৎলি অতিয়াদা ঈখৌ লাংনা
অমংবা নোংগী অদুগা ফূইরবা নোংজুগীদমক্‌
ঈখৌ লাংনা
মমাগী শেগাদগী চেপ্‌থদুনা।
অদুগা মঙ্‌ মঙ্‌জৈ মখোয়্‌না
অশঙ্‌বা ফৌনা
হংগাম্‌ মপাল্‌
হৱাইথরাক্‌ মপাল্‌
হৈখা মপাল্‌
অদুগা চূথ্রে মপালগী।
অঙাঙ্‌বা অঙৌবা নাপু মচুগী
ঈথক্লক্তা চেন্না চোংনা শান্নজরি মখোয়্‌না
লম্‌ঙানুগুম্‌ মঙ্‌লান্‌ অসিদা।
কুম্‌গী নোংজুদা ফাওরক্‌পা

লৈবাক্কী অনৌবা মনল্লক্তা
মখোয়না চেন্না চোংনা শান্নজরি
মখল্ মখল্গী মশান্না ।
অদুবু কুইহৌদে মঙ্গী নুংঙাইবা—
মীৎকপ্ থোরক্পদা থেংনরি
শারবা কাহৎলবা মৈশানা
মনম্দা য়ৈশীল্লদুনা
থীরবা লৈক্রক্ চৎলবা মালেম্না
ময়া লাওনা কাথোক্লদুনা
মখোয়্বু য়োৎকদবগী ঙাইরিবদু ।
ঙসিদি খোয়্শাউনরবা অঙাংশিং অসিনা
হৈশিংনা নাহোরক্লে
মখোয়্বু নাউশুম্নবা হোৎনরিবা
মমাশিংবু ওইনা সুল্লল্লগা
চীংয়াদা, লম্খাংদা, থাপ্লবা লম্দম্দা
মমা ওইবীশিংগী নাউসুম্ ঈশৈগী ৱাংমদা ।
মখোয়না মশা মশাদা লীৎলিবা
ফৃরিৎকী কুদাম্শিং লৌথোক্লুনা
মথবাক্ শেগায়্জরক্লে ।
মশাগী ঈ খৃজোক্ খৃজোক্ লৌদুনা
চাইখৎলক্লে অতিয়াদা ।
কুম্গী নোংজু ওইনা চুথরক্লে
মখোয়্গী ঈতনা মালেম্থক্তা
মরু কোক্লবা উপাল্ ৱাপাল্শিংদা ।
অনৌবা ইতিহাসক্কী লামায়্ অমা হাংদোক্লবা
শেম্ শারক্লে মখোয়্গী পুন্সিদা ।

*৫ । ৪ । ১৯৯১*
*সগোল্মাং ।*

# চীন্‌বান্‌

মালংগী সহুম্‌সু মেঙ্‌ল থাবলসু
কেথ নৌথ হাইরিবী লৈরাং চরোং নঙ্‌গীনি।
ঙাইজবা, লাঙ্‌তক্লবা, ঋতু মাইখুম্‌ হাইদোক্লবা
পুন্সিগী থৌরাং কয়াসু নঙ্‌তগীনি খল্লম্মী।
চল্লম্বা পাউখোঙ্‌ ফোঙ্‌দ্রিবৈ
ফীজং অমদগী ফীজং অমা
নাচুংদনা খঞ্জিল্লক্লি নোংলৈ নুংশিৎকী অহীংনা
মিনুংশি মরীক্‌ পক্তনা,
কর্রি মতৌনো অসিদি?
মথঙ্‌গী অয়ুক্তা পাউথোক্‌পীরনি
লৈমল্‌ চল্লবী হায়্‌না
লৈখোঙ্‌দা চোইনা কেল্লবী নঙ্‌বু।
কনানসু উবীরোই কনানসু শোন্ননীংলোই
খোয়্‌রুম মোমোন মীনোক্কী মম্নি
লোত্তুনা লৈরিবা লোইশিন্‌বা নংহৌদা
তনৌবী নঙ্‌গী চীন্‌বান্দা।

২৭/৬/১৯৯২
*সগোল্‌মাং।*

## কা অমদি সো

সো লোল্লবা মীথুংশঙ্গী কা অমা
ক্রোক্ ক্রোক্ ক্রোক্ ক্রোক্
সোজৈনা ওৎলি সো মখূন্দা
মীথুংশঙ্ অসিগী চৌকিদার্না।
ক্রোক্ ক্রোক্ ক্রোক্ ক্রোক্
অদুবু হাংবা য়াদে সো।
সো মখূন্দা মূনা য়েংশিল্লি—
ফল্লাংদা থেৎলি লাইশিং
খিল্লি নূংগী মৃত্তীশিং
কাগী চিথেক্ চিথেক্তা।
মুরুম্ মুরুম্ শোন্বা খোঞ্জেল্শিংনা
ৱাইচিল্হল্লি পীরুবা কা।
ৱাউরি ৱাউরি চাম্থোক্লি অপীক্পা কা
ফল্লাংগী অহোবদগী ফাওজিল্লক্পা নুংশানা।
মমি শামিবা মণ্ডাল্গী ঈথক্লা

শন্দোক্লি অপীক্পা মীথুংশঙ্গী কা শিংদা।
অমন্বা কাংথোল্ অমা কীছ্গদবগী মতম্ ঙাইদুনা লৈরি।
চোক্থরবা নুপা অমা তূন্লি
কাংথোল্দুগী মথক্তা।
লেঙ্ হাইদে মহাক্কী হক্চাং
অমন্বা কাংথোল্দু গুম্না।
কীছ্রকপা ঙাইরি
মহাক্কী শদোংশিংনা শরূ পোল্লাংদগী।
কয়াদা কুইরবা মহাক্লা তূন্লক্লিবা!
মীথুংশঙ্গী মপান্দা নোং চুরি নুংশা শারি
নুংশিৎ শীৎলি লৈ শাৎলি
অদুগা উচেক্শিংনা খোংলি নুংথিল্গী মতম্দা।
অহীংগী মতম্দা থা থোক্লি থবান্মিচাক্ থোক্লি।
অদুবু করিসু নাচুংদে মহাক্লা
অশিবা মূৰ্ত্তী অমগুম্–
কুইরে মহাক্লা তূন্লক্লিবা মফম্সিদা।
ক্রোক্ ক্রোক্ ক্রোক্ ক্রোক্
চৌকিদারনা ওৎলি সোশিং সোগী মখূন্দা।
অমুক্লা থোঙ্ থীল্লি লাউ খোংনা
কুইরে মহাক্লা অসুম্ তৌরক্লিবা।
মমৈথংদা য়েংই মহাক্লা মখুৎকী সো চবুন্দা।
ওহোক্পনি সোদি য়াওরম্দে অপীক্পা কাদুগী
মহাক্লা পায়রিবা সো চবুন্দুদা।
সো হাংবা লেপ্তুনা হন্দক্তি
কন্না কন্না থীল্লক্ই অপীক্পা কাগী থোঙ্
খঙ্দে কয়াম্ কুইনা থীন্দৌরিবা মহাক্লা
মীথুংশঙ্ অসিগী চৌকিদার্না।

২৭ / ৬ / ১৯৯২
*সগোল্মাং।*

# কুয়োম্

"ঈশ্বর্নি নহাক্তি, থৱায়্নি পূম্নমক্কি।"
অসুম্না খঞ্জদুনা নখোঙ্ হাম্জখি নফম্ থাজখি
নমিগুম্ লেঙ্দনা তুংইন্বী ওইজখি।
মশাগীনি হায়বা অমত্তসু খাক্হৌদা
খূদিংমক্ কখোক্চখি নফম্দা
সিতা, সব্যা, চিন্তানচিংবী মহারানীশিংনা।
সুক্ক জংগল্, তম্থীবা তিংখং তুম্বৌ,
শাহিংচাবা শা কৈলক্তা
লৈমকোল্গী নুংঙাইবা পুন্সি

থাদোক্খি মখোয়না মিহৌবা লৈতনা নশুংলাংগীদমক্ ।
নিনিগী পুন্সি অসিদা কয়া চাউখ্রবা কখোক্পনো
মখোয়্না নখোয়্দা পীখিবা ।
করি লমন্নো নখোয়্না ঊৎনিংলিবা পুকচেল্
চাউরবীশিং অসিদা ?
নখোয়্গীদমক্ শেন্বা বেদ শাষ্ট্রনা চৎহন্খিবদি নত্তে
মখোয়্বু মখোয়্গী অপান্বগী মাইয়োক্তা ।
নুংশিবা অমদি কখোক্পগী চেৎলবা লীপুন্বু
থদৎঙম্দবনা চোংশিন্খিবনি সিতানা মৈগী কুন্দদা ।
মীনাইনুবীগী ফীজোল্ শেৎখি সব্যানা নঙ্গী ব্রাশক্কীদমক্ হরিশচন্দ্র
অদুগা লায়্থুংতনা য়োম্হন্খি মহাক্কী
সুম্মৎলবী শক্তম্বু চিন্তা মহারানীনা
নশুংলাংগী নৎত্রনে শ্রীবৎস ।
হ্ পুবা তেঞ্জৈ লীশিং লীশিংনা
থোৎলবী নঙ্গী সিতাগী থম্মোয়্দা থূন্না লেংশিনখি
অদুগা নঙ্না লেপ্খি
নাপল্গা লোয়্ননা নুপাথোক্পা লান্ফম্দা
মায় পাক্লে হায়্দুনা ।
অদুনরা হে! রামচন্দ্র অরোইবা মীৎকুপ্তা
ঈংলবী সর্যুগী তম্পাক্তা চোংথদুনা
কোক্ঙম্দ্রবা কায়্নমৈচাক্ খঙ্খিবদো নহাক্না ?
হিংলিবা পুন্সিগী
ইতিহাস্কী চেনা চেনাদসু য়েক্তুনা লৈরি
নুপা ওইবা নখোয়্গী নাপল্গী চীংজাওনা
মশোং ফল্লদুনা ।
নাপল্দুগী মরুম্দা মাইথীবগী পিরাং শিন্থনা
লেপ্লি সুক্লবা লোক্চপ্ কয়ানা মঙাল্ মশেক্ ফংদনা ঙসিফাওবদসু

১৯৯৪
*লৈ ইংখোল্ ।*

# সনথোঙ্দা

সনথোঙ্ অসিদা চেঙ্গিন্নরি মীশিংনা
লাঙ্তক্লনা অমগা অমগা য়েংনবা সংনদনা
মখোয়্গী কোক্থ্লক্কা শন্দোক্লি তাম্না
মৈরীক্ মৈখুগী অতিয়ানা।
সনথোঙ্ অসিগী পন্দোন্দা
লৈরাং শাৎত্রবা লৈকোল্শিং
কুইরে লৈনম্গী মঙ্ মঙ্জরক্পা।
মউ কংল লৈপাল্শিং

য়েংলি মমি শাম্না
মখোয়গী কংশিল্লবা মীৎম্নাশিংনা
অঙনবা অয়ুক্কী অতিয়াদা
ইংগিৎ অমত্তং ফংবরা হায়না
হৈনৌ মপাল্ মনম্ চূরবা মালংবগী।
তম্থীবা নোংলৈ নুংশিৎনা
মহুম্ হুম্দোক্পীখ্রবা
নৌরবা শারূংসু থুদেক্পীখ্রবা
চেক্লাচাশিংনা তেন্শীংলি
অনৌবা থৌনা কয়া খোম্জিঞ্জদুনা
খোঙ্গাং য়ৈনা শৈশক্ তমজনবা।
কনানা খঙ্গনি পীক্লবা থম্মোয়শিংসিগী
মঙলানগী মচু অদুগা পোম্শাৎনরিবা
থম্মোয়গী লৈশিং
করম্না তাংলৌদা মঙ্ফাওনগনি
কবম্না অয়ুক্তা ফৃগাইনা শাৎকনি ?
মায়কৈ মরিগী ঈনিল্খোন্ থৌশাদনা
চেক্সিন্নবি মীশিংনা।
নুংগাই চেগায়শিংনা হঞ্জিল্ হঞ্জিল্ থিন্দৎপীরদুনা
চেক্তহৌবি ঈগী তুরেল্
মখোয়গী খোঙ্শাশিংগী ঈখেংতনা
ঈচেল্ নাইরদুনা।
অদুবু থৌশাদনা চেক্সিন্নবি
খুনাম্ লৈত্র, লম্নীসিদা
মখূৎ মখূৎনা পায়রিবা
অভৌবা ফীরাল্শিংগী
অভৌবা ঈথক্কী মঙলান্দা তাউরদুনা।

*২২ / ৫ / ১৯৯৫*
*তেবা।*

## শন্দ্রেন্বী

শন্দ্রেন্বী শন্দ্রেন্বী করন্না অনৌবা লন্বীনো
য়েংলিবদো নহাক্লা লৈরাংনা লৈশাৎ তন্নকওঁে।
লৈতে মফম্‌সিদা লন্বী অমত্তসু
য়েংউ নাক্ য়েৎ হাইনা
পীরন্নোই লন্বী নহাক্কী।
মীওইবগী তাইবংপাল্ থম্মোয়্‌শিংগী য়াকাবুং
চাক্‌থেক্লক্লিবসি উরব্রা কাম্‌জাউ হন্‌বা লম্মৈনা
অদুগা অমুক্ অপোন্বী অসে
শাৎকায়্‌নীংবনা ঙাওরবী পোম্‌শাৎনবী অসে
মালংবসু লৈচ্লিল্ নোংসু
লেপ্লি, শক্‌উৎলি চুম্মী
অদুবু চিংখ্রবনি লৈয়ী অমদি
মখোয়্‌শিংসিগী মরক্তা
মাঙন তাক্লবগী লৈয়ী অমা।
মসিদি করম্ খাঙ্গনি ?
ঙসিদি লাকখিদ্রে ননাক্তা সয়াংথক্কী য়োইহেন্‌বসু

তথকপা থম্মোয়্গী মীৎয়েং পুদুনা ।
শন্দ্রেম্বী শন্দ্রেম্বী চমোৎনবী পুঞ্জাউ কোক্থোংনরিবী,
নোংমা নঙ্না পীথক্খি লাইজ খূজোক্ থন্না
থব্রায়্না তাজবা মঙোন্দা
কোক্থক্কী পুন্ থাদুনা
মঙ্জখি মঙাল্ মশেক্কী মঙ্ লৈচীল্না কূপ্পবা নঙ্গী লম্বীসিদা
নীংশিংদ্রব্রা নহাক্পো ?
ঙসিসু কূপ্শিল্লক্নে অমুক্ নৌহৌননা
অমম্বা মৈখূ মপৈনা
নঙ্ অমদি নশাবীগী মরক্তা
অমনা অমবু লাম্বা ফংনহন্দনা ।
অদুগা খেক্লা নোক্লি চাইশ্রা মমা মচানা
মায়্ পাক্নে হায়্দুনা ।
নাইতোম্ তারবীনি নঙ্দি ঙসি
লান্ফম্সিদা
খোঙ্লোই পূম্নমক লান্দা শিখ্রবা
লান্ফা অমা ওইরবা
মাইথীরবা নিংথৌ মচাগুম ।
অদুবু লেপ্লি নঙ্দি থৌনা ফনা
য়েংলি অনৌবা লম্বী ঙসিসু
লাঙ্তক্রবী মীৎস্না অনীনা ।
ফোঙ্গে হোৎনরি পাউখোং
চক্ কয়াদগী কেকু লোৎলক্পা ।
খূদুম্ চেৎনা পায়্রিবা
কোক্লীং কারবা থাঙ্লেন্না
কক্কনি হায়্না তেম্শীংলি
ঙসিসু অমুক্ চাইশ্রাগী মঙক্ ।

২১ / ১০ / ১৯৯৫
*তেরা ।*

# মী অমদি কৈ

নুপা অমা লেপ্লি অসুম্ লেপ্লি ফম্পাক্থক্সিদা
অদুগা মানা হায়্—
"ঐনা তৌরিবসি মীত্রংনি।
মাবু য়েংনরি কুম্মে য়েংবশিংনা লাঙ্তক্লনা
মীৎকুপ্পা কাউবমখৈ।
অদুবু অহোংবা করিসু উবা ফংদে।
মহাক্ লেপ্লি থোৎ মেঙ্না, চীংলেম্না,
মীদ মী ওইনা।
মহাক্কী লূরবা মমীৎ অনীনা অয়েংবশিংবু
য়েংলি মোং হাদনা।
মীশিং লাঙ্নরক্ই অমগা অমগা য়েংনরক্ই
অথীবা ৱাহৈনা চৈ থাংনরক্ই,
নূংদুম্ চেক্তুম্ লংশিন্নরক্ই।
নুপীশিংনা মখোঙ্দগী খোঙ্উপ্ শত্তুনা
লংশিন্নরক্ই ষ্টেজ মথক্তুদা।
ঈহিং নাইহিং শারক্ই
মীত্রং তৌবা নুপা অদু।
নাহেখোল্না নিল্লকই হোল্ মনূংদু
শোক্লবা নুপী অদুগী।
ইখং খঙ্হৌদনা নোং খাক্লক্ই
নোংলৈ নুংশিৎ তৌরক্ই
থক্ থক্ নীক্লকই চাউরবা হোল্ অদু।
লাঙ্নরম্বা শাউনরম্বা পূম্নমক
তুমিন্ তুমিন্ চীক্শিন্নরকই।
ষ্টেজ মথক্তা লেপ্লিবা নুপাদু

ঙনা উনা শকফম্ ওল্লক্‌ই
খূজিন চাওরকই মতু চোন্নক্‌ই
মমৈ পোপ্ পোপ্ ফূরক্‌ই
কৈজাউ অমা ওহ্লোক্লক্‌ই।
মৈবূন্‌গুম্লবা মমীৎ অনীনা
লৈনা লৈনা য়েংলক্‌ই
অদুগা চেগপ্ চোংলক্‌ই।
অয়েংবশিং অমুক্ লাঙ্‌নরক্‌ই
খূবাক্ খূনরকই, হূইশেল্ খোংনরক্‌ই।
ফূরিৎখাউগী পৈশা শৎ শক্তুনা
ষ্টেজ মথক্তা লংশিন্নরক্‌ই,
নুপীশিংনা নাগী নাচোম্ লংশিন্নরক্‌ই।
খঙ্‌হৌদনা ঈগী নোং অমুক্ চুথরক্‌ই
শাহিং ঙাহিং মনম্না
মাইকৈ মরীদা শন্দোরক্‌ই।
চেগপ্ চোং চোংদুনা কৈজাউ অদুনা
চোংশিল্লক্‌ই অয়েংবশিংগী মথক্তা
অফং অফংবা লাক্লক্‌ই।
নাহেখোল্ অমদি মীকপ্ মীরাউখোন্না
মফম্ অদু নিল্লকই।
মীৎকুপ্ খবগী তুংদা চীক্লকই অমুক্
ঈগী তুরেল্ চেল্লক্‌ই লৈমায়্‌থক্তা
অশিবা হকচাংশিংনা কাওশিং ওইনা তাউথরকই।
মবুক্ পেল্লবা কৈ অদু তীংলি য়াঙ্‌লিদুনা থোক্‌খি
ষ্টেজ মথক্তুদগী
মীওইবগী কাউভমদ্রবা ঈগী মহাও অমা
মহাক্কী লৈতোন্না ফংলদুনা।

*২ / ১২ / ১৯৯৫*
*তেরা।*

## উমং

মৈচাক্ ফনা চাক্লিবা লম্মৈগী মৈরীনা হায়্
''ফাওরোই ঐদি মৈশা
কালেন্ মৈশা কোটিনা ইথক্তা হৈথরক্লসু ।''
কাম্জাউ হুন্বা মালংনা
তত্তনা অমুক্ থৌজিল্লক্ই
''চাক্উ চাক্উ, ঊৎলু নতিক্ নথৌনা
নঙ্তনি নঙ্তনি ।''
অসুম্ লেপ্ত চাক্খৎলক্লবদা
অতিয়া পক্ল মৈরীনা
শক্ফম্ ওল্লক্ই অকোয়বদা হৌরম্বা
অশংবা উপাল্শিং ।
ৱাই ৱাই মালংগী মহুম্দা
ঊনাশিংনা ঈশৈ শক্লম্বা
খোয়্থুম্নর উহৈশিংনা
নোম্ নোম্ জগোয়্ শাবম্বা
অসুম্ অসুম্ শক্ফম্ কায়্রক্ই
তাংগোইমক্তনা থল্লক্ই
চীংয়া তম্য়া হাঙ্ল মালং ।
হীক্থদুনা তারক্ই উহৈশিং
মঙ্জরম্বা মঙ্লান্ কয়া মঙ্ফাওনদনা ।
থম্মোয়্ পান্দবা লম্মৈগী
অঙাঙ্বা নাপল্গী মৈরীনা
থক্চিল্লক্ই অসুম্ অসুম্
অশঙ্বা উমংগী অশঙ্বা মচুগী ঈথক্শিং ।

৭ / ৬ / ১৯৯৬
*রিম্স্ হোস্পিটাল্ ।*

# থোঙ্নাউ অমদি বিল্দিং

ৱাংচাউনা চীংগুম্ লেপ্লিবা বিল্দিং অমনা
চাউথোক্চৈ—
"মফম্সিদা লৈতে ঐগুম্না ফজবা
ঐগুম্না চীংলেম্বা।
ঐগী ইথানুংদা কোল্লিবা মীশিং অসি
কয়াদা মশক্ ফজখ্রবা !
কয়াদা মশা ফখ্রবা!"
থোঙ্নাউ মচা মচাশিংদা
বিল্দিংদা নপ্তুনা পাল্লিবা থোঙ্নাউশিংদা।
ফাওজিন্দুনা চঙ্লকই নুংশানা
কা-শিংগী মনুংদা কেকু লোৎপী শান্নরৈ।
থোঙ্নাউগী বার্দা য়েত্তুনা শাৎপী
পারিজাৎশিংনা মোমোন্ নোক্লা
নুংশিবা লৈনম্ চাইশিল্লক্‌ই
কা কাশিংদা নুংশিৎকী ঈথক্ ঈপোন্লক্লা।
মতম চুপ্পা মোমোন্তা নোক্তুনা লৈ
পীক্ল থোঙ্নাউশিংনা কনাদস্ নাপল্ তৌরুদনা।
ৱাং চাউব বিল্দিংনদি খোয়্শাউনবি
"পীক্ল পীক্লবা থোঙ্নাউশিংসি হাপ্চিন্দুনা
করিগী ঐবু মরিং মরাংহল্লিবনো ?
করিগী ইশক্ থীহল্লিবনো ?"
মহাক্লা খক্ খক্তবা তৌদে
থোঙ্নাউশিংসি পাল্লমদ্রবদি
লৈনুংদা শাবা কৈশুম্শঙ্গুম্
তুফক্ তুফাই চন্না লেপ্লম্গনি মহাক্।

*৮ / ৬ / ১৯৯৬*
*রিম্স্ হোস্পিটাল্।*

## মীৎ

মাঙ্গী মিংশেল্দা য়েংলুবদা
মীৎ জূরা অনীখক্ উবা ফংলি ঐনা।
অমনা পীক্লিবা ইচাগী মমীৎ অনী
অদুগা অমনা ঐ ইশাগী ইমীৎ অনী।

ঙীক্লিবা ইচাগী মীৎনহাদা
মহাক্না মোমোন্ নোক্লকপদা
অঙনবা অয়ুক্কী কোরৌ মশেক্না
চেন্ চোংনা শান্নরক্মী।
লৈরাংশিং নোম্ নোম্ হাইরক্ই
লৈচু শুনা শাৎলবা লৈকোল্ অমদা তৌবগুম্।
অদুগা ঐ ইশাগী মীৎ অনীদা
ঐনা অমুক্ য়েংলুবদা তুজুংবা পোক্হল্লি।
মীওইববু থাজবা ঙমদবগী
মীওইববু থম্মোয় শেংনা নুংশিবা ঙমদবগী
ঈরিক্শিংনা মিতল্লদুনা
ঐগী য়েক্লবগী হক্চাং কয়াৎশিং
লেপ্পি মখূৎনা থৌরবা থাঙ্
খূত্তুম্ চেৎনা পায়রদুনা
ঐগী মীৎনহাগী ময়ায়মক্তদা।
ঐবু খানা য়েংলি।
নুংশা থীবা পোকহল্লি ঐবু
মতৃপ্ তরেৎ থোক্না ককথৎখিগদ্রা।
অসুম কিরক্লদুনা ঐনা
ইচাগী মমীৎ অনীদা হন্না অমুক য়েংশিল্লি।
মহাক্কী মীৎকী পা-শিংদা
আশাগী ঈথক্ ঈপোম্না
চেন্ চোংনা শান্নবক্মী।
মমীৎকী পিশিংনা থম্মোয়গী মৈচাক্ পুম্নমক্
মূখৎকে হায়না তেম্শীংলক্মী।

২৪।১।১৯৯৬
তেরা।

# খোঙ্ জূরা অনী

খোঙ্ জূরা অনীখক্ নোংঙান্‌বগা
ফমুংদগী ফুক্ ফুক্ হৌগৎনদুনা
চৎমিন্নৈ লম্বী সরক্তা।
তূ-খোং কয়া লাল্লকই
তিংখং তুম্বৌ কয়া লাল্লক্‌ই
লিংজেন্ মান্ননা চৎমিন্নরক্‌ই
অৰা হূইশোক্ লাংলবসু
হুই খোংদুনা চৎমিন্নরক্‌ই।
করিগুম্বা মতম্‌দা
খোঙ্ য়েৎকা খোঙ্ ওয়গা
খোঙ্ ওয়গা খোঙ্ য়েৎকা
খুরৌ চেন্দুনা তুমিন্নৈ
ঈহিং নাইহিং শানরক্‌ই।
"নঙ্‌ননি নঙ্‌ননি" অঙক্‌পা ফংনা খৎনরক্‌ই
খোঙ্ জূরা অনীদু।
খোঙ্‌পাক্‌শিংনা কাওশিন্নরক্‌ই।
অদুবু অমুক্ হেক্তা হৌগৎনৈ।
করিসু থোক্‌খিদবদৌনা
নোক্ খেনা চৎমিন্নরক্‌ই
অৰা কোঙ্‌গাই কাউথোক্লদুনা
খোঙ্ জূরা অনী
তিংখং তুম্বৌ কয়া লান্দুনা
তূ খোং কয়া লান্দুনা।

৮ / ৬ / ১৯৯৬
*রিম্‌স্ হোস্পিটাল্।*

# অহীং অমগী ৱারী

অমম্বা অহীংগী অমুবা ফীজংনা
তপ্না তপ্না শন্দোরক্‌ই অহাঙ্‌বদা
খঞ্জিল্লদুনা থা থৱান্‌মিচাক্কী মমিশিং।
অমুবা ফীজংশিং অসিনা
খঞ্জিনথ্রমালে নুংথিল্‌গী অতিয়াসু
কুইরে অঙাংশিংনা
শান্নবা ফংলক্কবা চেন্‌ চোংনা পাৎপান্দা
লম্ফাংদা, চীংয়াদা, লম্‌জাও শোরোক্কা।
কুইরে লৈশিং শাৎখিদবা
খোইমু খোইনীংগী ঈশৈ তাখিদবা
মায়কৈ মরিমক্তা অমম্বগী অমম্বমক্তনি।
মতম্‌ কুইনা চরাম্‌ চদৎননা

তূন্নুরবা অঙাংশিংনা লৈনম্দি তারগা লৈশক্তি উদবদগী
চেঙ্খোরক্লে খোয়্শাওননা মমাগী মতম্বাক্তগী
মখূৎনা মৈ ঈক্লবা য়োৎশিংয়োৎশিং পায়্রদুনা।
লাওনা পাঙ্লিবা অমম্বগী
মমিৎশিং থিন্গাইগদবগী তেম্শীংলক্লে।
অদুবু শক্তি লৈরবা চৌরবা অহীংগী ময়ানা
চীক্খায়্রক্লি মোং হাদা
চেক্মোক্ লাউহন্দা য়োৎশিংয়োৎ পায়্বা
অঙাংশিংগী খূৎশিংবু।
খোয়্শাউনরবা উপাই লৈত্রবা
অঙাংশিংনা তাইনফম্ খঙ্দ্রদুনা লেংশিল্লক্লে
মৈ ঈক্লবা য়োৎশিংয়োৎশিংদুনা মশা মশাগী মমিৎশিংদা।
মীৎকুপ্ খরা চৈনা খাঙ্দুনা
ফর ফর ওল্লম্লগা মখোয়্সু ওঙ্খোরক্লে
হীয়াং অথৌবা তিন্সিল্লদুনা মশামক্
মপান্ নাইদ্রবা অহীংগী অমম্বদা।
অমুবা ফীজংশিংগী মরুম্দা লেপ্লি
সুংগ্রং মাংগ্রং লৈপাল্শিং
চাউজন্ থীনা হাইদোক্লুরবা
লৈশিংগী লৈকাশিং
মৱাক্ চাম্থরক্লবা লৈনম্বু কিথি
কিরুম্ চেক্শিন্না লোৎচরদুনা।
চ্যেক্পল্গী লৈত্রক্তা হৌবা
সনা খোংনাং পাম্বীশিং
মঙ্ মঙ্জরি অতিয়াগী মরেপ্ তান্নবা
অদুবু লৈখাদা থৎলি লৈহাও চূপ্খৎকদবা
মরাশিং নূং হৈরবা চ্যেক্পলনা।

*১৩ / ৭ / ২০০৬*
*টি বি হোস্পিটাল, চীংমৈরোং।*

# খূৎশাগী ৱারী

খূৎশাশিংনা হাইবি অহাঙবা মালংদা
করিনো অমা ফাগদবগী তান্নরি
অমম্বদসু অঙান্‌বদসু
খূৎশাশিংনা মরেঙ্ মরেঙ্ চৎলি অতিয়াদা।
পোদ্রোক্ পোদ্রোক্ খোঞ্জেল্‌না
নিল্লকই হাঙল মালংদা
খূৎশাশিংনা থেংজিন্নবগী।
খূৎশাশিং অমগা অমগা পায়শিন্নে
তান্নজবা পোৎ অমা ফংলবগুম্।
অদুগা অমুক্ থাদোক্লে তুমিন্ তুমিন্
পোদ্রোক পোদ্রোক্ খোঞ্জেল্‌শিংগী তাম্বাদা
ময়াই কানবদুনা খূৎশাশিং
হাইনরকই হৌনরুবা য়াওদনা
হঞ্জিল্ হঞ্জিল্ থেংজিন্নে মকম্বী থোক্লা।
তৎলবা খূবী খূনাউবীশিংনা
মালেমথক্তা চাইবকই
অঙাঙবা ঈখেংতনা ঈচেল্ নাইনা চেল্লকই।
নাহেখোন্না নিল্লকই হাঙল মালংদা
অদুবু লেমহৌরিবা খূৎশাশিং
লেপ্লা নৈতনা হাইরি অহাঙবদা
তাঞ্জবা পোৎশক অমা ফংগনি হায়না লাঙতক্লদুনা
খূৎশাশিং থেংজিন্নবগী
পোদ্রোক্ পোদ্রোক খোঞ্জেলনা ময়ায় কাহল্লদুনা।

৮/৬/১৯৯৬
*বিমস্ হোস্পিটাল্।*

## তিংখং নৎত্রগা লৈ

করিগুম্বা মীৎকুপ্তা তিংখং ওইদুনা
চৈনা পীনিংই নঙ্‌বু
য়ৃশিন্দুনা নখৃয়াদা
ঈখেং পান্নকই নঙ্‌গী
মিনুংশি খঙ্‌দ্রবা নখোঙ্‌না নেৎখায়্‌বীরন্নবদা।
করিগুম্বা মীৎকুপ্তা ফৃগায়রবী লৈরাং ওইদুনা
খৃদুম্‌ চন্নীংই নথম্মোয়্‌দুবু
ফজবা উবদা খাঙ্‌ঙম্‌দবা নতৌবু উরগা।
অদুবু ওইবা ঙমদে তিংখং নৎত্রগা লৈ
করিগুম্বা মীৎকুপ্‌ অমত্তদা।
অদুনবু থল্লিবনি মীকপ্‌খোন্না
চৈনা খাঙ্‌লির্বশিংগী নাহেখোন্না
মালেম্‌গী লৈমায়্‌থক্‌সিদা।

১৯ / ৮ / ১৯৯৬
তেরা।

# লৃহুপ্

ফম্বাল্থক্তা লৃহুপ্তুমক্ ঙায়্হৌরে
উপ্লবা কোক্তি লাক্তরে।
কংলা য়াইবৃং য়ৈরক্পা খৃদিং
লৃহুপ্না হরাওজৈ ঙাইজবা মহাক্ লাক্লনি।
অদুবু মথং মথং কক্থৎখ্রে কোক্ পূম্নমক্
শঙ্গলিংবগী থাঙ্না ফম্বাল্ তম্না চঙলক্পা।
ঈগী ঈপাক্ ওন্থোক্খ্রে ফম্বাল্গী অকোয়্বদা।
অথেঙ্বা অহীং খৃদিংদা
হন্না হন্না য়ৈরক্‌ই কংলা য়াইবুংনা।
লাঙ্তক্লববা লৃহুপ্না হন্না হন্না লাউরক্‌ই—
''কনানো ঐঙোন্দা ৱাশক্লম্বা
নোংমা শোয়্দনা ঐবু কোক্থক্কী লৈতেং

ওইহন্‌গনি হায়্‌না ?
কনানো ঈচং থৌরন্বা ?
নখোয়্‌ নৎত্রা নখোয়্‌ নৎত্রা ?
ঙসিনা করিগী অদুক্‌ তৃক্‌থরিবা ?
হৌগৎলো হৌগৎলো
ঐগী নাক্তা চঙ্‌লক্লো
নখোয়্‌ শোয়্‌দনা চঙ্‌লক্কদবনি ।"
মুরুম্‌ মুরুম্‌ শোন্নরকই কক্‌থ্রবা কোক্‌শিংনা
মখোয়্‌ মশেল্‌ কৃক্‌ কৃক্‌ ইন্সিন্নরদুনা
ময়েক্‌ লৌফম্‌ খঙ্‌দনা ঙংনরক্‌ই
অদুদগী থৌনা পূম্নমক খোম্‌জীল্লদুনা
অপূন্‌বা খোম্থোক্তা লাউরক্‌ই মখোয়্‌
"অসুম্মক্‌ ঙাইয়ু মফমদুদা
অসুম্মক্‌ ঙাইয়ু নহাক্‌
নোংমা শোয়্‌দনা লাক্কনি
শগোল্‌ তোংবা পাখং অমা
অথৌবা থাঙ্‌ খূদুম্‌ চেৎনা পায়্‌দুনা ।
মহাক্না শোয়্‌দনা কক্‌থৎলগনি
শঙ্‌লিংব'সিগী মকোক্‌
লেঙ্‌দনা খক্‌ লৈরোই মহাক্না ।
তাইবংপান্‌ অসিদা কনাসু লেঙ্‌দনা লৈবা ঙম্‌দে ।
ঐখোয়্‌গী ইথক্‌সিদা নেৎ নেত্তুনা
চৎখিসনু শগোল্‌ তোংবনা
নহাক্কী ননাক্‌ য়ৌনবা
মদু মঙায়রে, ঐখোয়্‌না তৌবা ঙম্বা হায়্‌ববু"
অদুগা মখোয়্‌না মমি শাম্না য়েংলক্‌ই লূহ্‌প্তুবু
মশা মশাগী ঈখেংলক্তা লূপ্‌ফে লূপ্‌ফেৎ তাউরদুনা ।

১৯৯৬
*তেরা ।*

## ইমাদা

নচাশিংগী অহান্‌বা মীৎয়েংদা
উখি নঙ্গী শন্নাঙ্গী নীংথিবা
মাইথোঙ্গী চীংলেন্না।
থম্মোয়্‌গী ফীজংদা মমি তাখি
নঙ্গী মিনুংশি নঙ্গী থৌজাল্‌।
হবাও নুংঙাই মীনোক্কী ঈথক্রা
থন্‌খি মাইকৈ মরিমক্‌ নহাক্কী অদুগা নচাশিংগী।
মমি অসিবু কাউঙম্‌দ্রদুনা ঐনা ঙসি
হোৎনরুই শৈবেং অমত্তং ইগে হায়না
অদুবু ইবা ঙম্‌দে ঐনা শৈরেং
নহাক্কী শন্নাঙ্গী চীংহী মনম্‌গী মরম্‌দা
শংবান্নবী ফীজোল্‌গী মরম্‌দা
অদুগা মোনোম্‌ নোক্‌পী মাইথোঙ্গী মরম্‌দা।
মতম্‌ কুইরবগী তুংশিদা ঐনা উরি
তাইওন্নবা শক্তমশিং।
নঙ্গী লেঙ্‌ লেঙ্‌ চৎপী শন্নাঙ্গী অমুবা মচুদি

শঙুজিল্লক্লে অঙাঙুবা মচুনা
নঙগী শমখোঙদগী কাপথোরক্পা
ঈরীক্শিংগী।
তম্থীবা দুশাসনগী অওং অনৈদা
শল্লাং চোইজাইননা লেপ্লিবী
পঞ্চালিনীগী শক্তম্ লাংলি নহাক্লা।
নঙগী হৈকোল্ হৈকোল্শিং থল্লে
হৈজীং ফাদ্রবা হৈরাঙনা
নঙগী লৈকোল্ লৈকোল্সু নিল্লে
লৈচু শুদনা লৈমন্ চল্লবী
লৈরাংগী তেংথা খোঞ্জেলনা।
নঙগী মাইথোঙ থাজদা কুপ্শিল্লক্লে
নচাশিংগী পোৎলোইবগী মৈখূনা।
নঙগী মতাফবী থবাক্তা লান্দারক্লে
লমজাউ খোন্বা লম্মৈগী মৈশানা।
অদুনা ঐনা উই নঙবু মৈশা লাংলবী ওইনা
মচা কায়না মৈচাক্ খাঙলিবী ওইনা
অদুগা অওং অনৈগী ফীজংনা কুপ্লবী ওইনা।
মসিদবু করম্বা শৈরেংনো ইগদবা ?
মসিদবু কবম্বা ঈশৈনো
নচাশিংনা থৱায় য়াওনা শক্চনিংগদৌরিবা ?
অহীংগী অচীক্পদা তাংলৌ লৈনা থেঙবদা।
য়েংলি নঙগী মীৎয়্না অনীনা অহীংগী অতিয়া।
ৱাহং কয়া হংলি পাউখুম্দি ফংবা ঙমদ্রবা
নচাশিংনসু ইল্লি শৈরেং
শক্লি ঈশৈ অমম্বা অতিয়াগী অমম্বা অহীংগী
অদুগা চীংখৈ ফীদুপ্কী মশেক্ মঙালবু ঙাইজবগী

১৯৯৬
*তেরা।*

## য়ুম্লোন্নবা

মবক্ মরক্তা ঐনা উনীংলক্ই
ঐগী য়ুম্লোন্নববু।
কবম্ পাল্লি হংনীংলক্ই

ৱারী ৱাতাই শান্ননীংলক্‌ই
মহাক্ অমদি ঐগী পুন্সিগী মরম্‌দা।
অদুনা ঐনা থোক্‌ই য়েন্নখাদা
মহাক্‌পু উবা ফংদে।
খূনিং কাঙ্‌দুনা য়েংই উবদি সুক্‌ফং ফংদে।
পৌরোল্ লোল্লবা শম্বলনা ঐগী মীৎলম্ থৎলম্মী
খূনিং ফনা কাঙ্‌খত্তুনসু উবা ফংদে মাবু
মাগী ৱাংখৎলক্লিবা বিলদিংগী মতোল্ নত্তনা
বিল্‌দিংগী রেলিংদা য়াল্লিবা
মচু মচুগী ফিশিং নত্তনা।
অসুম্না কুইরে মাগা উন্নখিদবা
মৱা মখোন্ তাখিদবা
মশক্ কাউশিল্লক্কদৌরে
মখোন্ ফাওবা কাউশিল্লক্কে।
খাঙ্‌বা ঙম্‌দ্রদুনা ঐনা চঙ্‌শিল্লি শম্বল্ মনাক্তা।
খূৎনা হাইদোক্কে হোৎনরুই
শম্বল্লে মশাশিং পায়্‌দুনা
হাইদোক্‌পদি ঙম্‌দে।
তিংখংশিংনা খেগায়্‌রক্‌ই উন্‌শা
চৈনা ওইনা পীরক্‌ই।
মতম্ খরগী মতুংদদি
চোক্‌পল্ ওইনা খারক্লনি
শম্বল্লেগী মহুত্তা।
হাইগৎলক্লিবা মহাক্কী বিল্‌দিংগী মতোল্ ফাওবা
উখিদবা য়াই ঐহাক্না।

১৯৯৭
*তেরা।*

# ঈচেল্ অমসুং উপাল্

‘‘ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ
চেন্ গোংনা শান্নখি অশঙ্বা লম্ফাংদা
ভাবমদাই নুমিৎকী মশেল্লক্তা
অমাং কোইবৈ শান্নখি মকপ্‌শিংগা লোয়্‌ননা
চীংযাগী লৈকোল্‌দা উপাল্‌শিংগী মরুম্‌দা
চাগনি থক্কনি কাউবমখৈ
য়ূম্‌দা হঞ্জিন্‌গনি কাউবমখৈ।
নুমিদাংগী মতম্‌দা থাবল্‌না ঈথক্ হৌবদা
ইমাগী মতম্বাক্তা ইকোক্ মোন্‌খাঙ্‌নদুনা
মীৎচান্নখি মপান্ নাইদ্রবা মালংগী
মশীং খীঙমদ্রবা থব্রান্‌শিংগা

পাউখোং চন্‌বী শান্নখি
অতাওবা লৈচীল্লক্তা তূফাং খপ্পা পাইরিবা
অহীংগী চেক্লা কয়াগা।
মশা পান্‌বা সগোল্‌ তোংদুনা পাইখি
নীংতম্মা ঐগী থব্রায়্না ইমানা লীবীবা
চাক্‌ঙাই ৱারীগী নিংথৌমচা ওইদুনা।"
অসুম্মা হেক্‌ হেক্‌ লী ঐনা
ঐগী পীক্লিবা ইচাশিংদা
ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী ৱারী কয়াবু
মখোয়্না হেক্‌ হেক্‌ তায়্—
লৈগুম্লবা মখোয়্গী মাইথোঙ্‌শিংদা
অঙক্‌পগী লৈয়োন্‌শিং তুখোঙ্‌ খূদিং থিন্দোক্লদুনা।
লূরবা মমীৎশিংদা ৱাহংগী ঈথক্‌ হৌরি
পাউখুম্‌ পীবা লুরবা।
ঐসু খঙ্ই মসিগী মরম্‌।
ঙসিদি মখোয়্না শান্নরি
লোন্সিল্লবা কোম্ভোংনুংশিদা
শূমাংদা হৌবা লৈপাল্‌শিং থুদেক্লদুনা
অপোন্নীশিং খূজিন্না শীক্‌তৎলদুনা।
তনৌ তনৌরিবা মখোঙ্‌ মচাশিংনা
কূল্লি ফোঙ্‌ ফোঙ্‌ শাবা অঙাঙ্‌বা
ঈগী ঈচেল্লক্তা
ময়াই কানা চোংফল্লদুনা।
অহান্‌বদা মখোয়্না হংলম্মী
ঈ শিংসিগী ঈচেল্‌সিগী হৌরক্‌ফম।
ঙসিদি অমুক্‌ হংখিদ্রে মখোয়্‌ অমত্তনসু
অসুম্‌ অসুম্‌ হেন্‌গৎলক্লবদা ঈচেল্‌সিনা

খুজেংদগী খূউ
ফৈগল্ অদুগা থবাক্ ।
হেন্না হেন্নদুম্ ময়াই কানা শান্নরি
ঈচেল্লক্তা ঈরোইদুনা লোংদাউ তাউদুনা
অদুগা ঈরুপ্পুনা ।
অচীক্পা অহীংদা, তাংলৌ লৈনা থেঙ্বদা
তূম্বা হেক্ হেক্ কায় ঐহাক্না
ঈগী ঈরাউখোল্ তাবদা ।
পীক্লিবা ইচাশিংনা তূম্লি কাঙ্খল্গী মনুংদা
নুমিৎচুপ্পা শান্নরুবগী চোক্থরদুনা ।
ঐনা তূম্বা য়াদ্রদুনা য়েংলি
মখোয়্গী লৈগুম্লবা মাইথোংশিংদা অদগা শাগৎলি
মখোয়্গী পুন্সিগী শক্তম্
মপাল্না য়োন্লবা উপাল্ ওইনা
উহৈনা জূম্ জূম্ য়াঙ্করগদবা
অদুবু উবদি ফংদে মীৎনা ময়েক্ শেংনা ।
মমি শামিদি উবি
ফজরবা অশঙ্বা উপাল্ কয়া
অসুম্ অসুম্ শঙ্জিল্লকই অঙাঙ্বা মচু
অদুগা ঙাংশং ঙাঙ্বা ঈগী ঈচেল্না
অসুম অসুম্ উনা উনা য়োৎশিন্খি
অশংবা উপাল্ অদুগা মচু মচুগী মপাল্শিং ।
ঐনা পাখৎলদুনা চেৎনা কোন্সিল্লি ইচাশিংবু
অদুগা তূম্থগে হায়্না হোৎনখি
মীকপ্ মীরাউনা থল্লবা অহীংগী মমৈদা ।

১৯৯৭
*তেবা ।*

# খোঙ্‌চৎ অমা

নোংমা, মীৎকুপ্‌ অমত্তং
নুংশিংনা হোংলক্‌ই মখোয়্‌গী মরম্‌চৎ
লৈগী চীন্‌বাল্‌শিং পাল্লদুনা
লৈগী ঈশৈ শক্লক্‌ই ।
থেক্ক থেক্‌ নৌগ নৌ জগোয়্‌ খৃথেক্‌ তল্লক্‌ই ।
মীৎকুপ্‌ অদুদা ঈশৈগী খোম্বাংনা নিল্লক্‌ই
নুং হৈরবা ফক্লাং চাংদোল্‌শিং
নম্ন্সিল্লদুনা মমিশিং
চৈনাখোল্‌ অমদি অৱা তেংথাখোল্‌গী ।
খোয়্‌শাউনরম্বা লিন্‌শিংনা
ফন্দোরক্‌ই তপ্পা তপ্পা মখোয়্‌গী মতোক্‌শিং
যন্ত্রগী খোম্বাংনা সুক্ষৎলদুনা
জগোয় শারক্‌ই লৈনা-লৈনা
হৃগী ময়াই কাউরদুনা ।
অদুগা পৃথিবীনা য়াম্না নৌরিবা অঙাংগুম্‌
মোমোন্‌ নোক্লা মীৎচান্নরক্‌ই অশঙ্‌বা অতিয়াগা
মহাক্কী লাইবক্কী থাঙ্‌ফম্‌শিং
মথানুংদা শেল্লম্বা মোংফম্‌শিং
ঙম্না ওম্ব্রোরক্লবদা হৈকোল্‌শিং ।
মীৎকুপ্‌ অদুদা লেপ্‌খি
মীওইবগী তপ্‌থদবা নুংনাংবা নুংশা শ্বরশিং
মখোয়্‌না শেম্‌ শারক্‌ই খোঙ্‌চৎ অমগী
থৌনা কয়াগা লোয়্‌ননা নৌহৌননা ।

*৩০ / ৯ / ১৯৯৮*
*টি বি হোস্পিটাল্‌ ।*

## লম্‌দোন্‌

অৱাঙ্‌বা চীংদোল্‌না অৱাঙ্‌বা উপাল্‌দা হায়্‌
‘‘নঙোন্দগী ৱাংবা হেল্লি ঐনা।’’
চীংথক্কুদা হৌবা উপাল্‌না নোক্‌ই ৱাহৈশিংদু তারগা।

২৯ / ৩ / ১৯৯১
*সগোল্‌মাং।*

## উচি

উচিনা হায়্‌ ‘‘পীক্‌চরবসু ঙস্মী লৈনূং হূৎপা
অকন্‌বা উরু উরা চীক্‌থৎপা ঙস্মী’’
সবিনা হায়্‌, ‘‘নঙদি ঐগী পীক্লিঙৈগী ফোটোনি।’’

২৭ / ৩ / ১৯৯১
*সগোল্‌মাং।*

## কৈগী ৱারী

হাত্তোক্‌ই কৈনা শন্‌ অমা
মউন্‌ খোক্কুনা মশাদা উপ্‌শিল্লি
অসুম্না হাৎলি শন্‌শিংবু শন্‌গী মরক্তা লৈদুনা।

২৭ / ৩ / ১৯৯১
*সগোল্‌মাং।*

# পন্খৈসিগী ৱাংমদা

পুন্সিসে নত্তে লৈগী ফমুং
তিংখংতগী লম্বীনি চৈনাতবু পীবা
অদুবু চৎনীংবনা লাঙ্তক্লে পন্খৈসিগী ৱাংমদা।

২৭ / ৩ / ১৯৯১
*সগোল্মাং।*

# চোংগাংলৈ

শম্জীরৈনা ঙাইজবি নুজাগী শম্জীদা ঙাঞ্জগে
উরিরৈনা খাঙ্জরি শানৌগী নাপ্পদা শাইদাংগে
শিনখি মহূৎ অদুবু লৈনম্ চেন্দবী চোংগাংলৈ।

২৭ / ৩ / ১৯৯১
*সগোল্মাং।*

# মোম্বত্তী

মঙাল্ পীরি কাশিংদা পীক্লমোম্গী মৈরী।
কেম্খি পুন্সি মহাক্কী অমম্বা কাতবু ঙাল্হন্দুনা
নীংশিংবীবরা কনানা অরোইবা মীৎকুপ্তা মহাক্কী ?

২৭ / ৩ / ১৯৯১
*সগোল্মাং।*

## লম্বী

খোঙ্উপ্ তোংদ্রবা ঐগী খূয়াসে হুদোক্কে
চত্তবদি য়াদে নূংগাইরক্কী লম্বীসিদা
ঈতনা মচু শঙ্হৌরনি লম্বীসিদি।

২৮ / ৩ / ১৯৯১
সগোল্মাং।

## লম্থায়্

নঙনা তোর্ব্বান্ অমনি ঐনা অতোপ্পা তোর্ব্বান্নি।
শারিবা থোংসে ঐখোয়্গী ইথক্তা
থুগাইনবা হোৎনরি ঐখোয়্গী খূৎশিংনা।

২৮ / ৩ / ১৯৯১
সগোল্মাং।

## শক্তম্

লৈতোইথক্কী খোঙ্গুল্ মূৎখি নোংলৈনা হুম্বদা।
লৈরাংগী লৈনম্সু মাঙখি লৈকা চোইবদা
টুরিসিনা য়েক্লিবদি শক্খঙদবা নঙগী শক্তম্নি

২৮ / ৩ / ১৯৯১
সগোল্মাং।

# অনৌবা য়া

য়াশিংসি লোইনা নোম্লে চৈনা ফাওরে থুদেক্লসি
অসুম্না য়াশিংদু থুদেক্খ্রগা অনৌবা অমুক্ হাপ্চিন্খি
শখ্খঙনদবা য়াশিং পুদুনা চৎলি ঐখোয় নোক্লুনা।

২৮/৩/১৯৯১
*সগোল্মাং।*

# ইতিহাস্

সগোল্না লৌ চারগা শন্দা ফুবা
অঙাওবা হূইনা চীক্লগা ঙাওদবা হূই হাৎপা
মসিনি মতম্সিগী ইতিহাস্।

২৭/৩/১৯৯১
*সগোল্মাং।*

# চৈখল্

অয়েক্পশিং অসিনা ঐগী তৃম্ফম্ কাদা থেৎলিবা
ফজবা মশক্কী নাপল্ তৌনৈ,
চীন্চুপ্নরি চান্ননা অহীংগী থরো থাজনা।

২৭/৩/১৯৯১
*সগোল্মাং।*

## য়ু

থক্ক থক্ক ঈখৌলাংবা ঈবিকসিনা কাউহল্লি
লৈত্তান্না শাবা হকচাংসিগী রাবী।
ময়ায়্কাবা মহৌশিবু থক্কদুনা ঐনা ইবি পুন্সিগী শৈরেং

২৭ / ৩ / ১৯৯১
সগোল্মাং।

## মাইথীরবা লান্মী

মাইথীরবা লান্মী ওইরবসু খুৎশিনদি পায়রি
ময়াই কাবা যাংলী মহৌ
অদুননি নীংহন্নদা শেম্ শারিবা অনৌবা লাঞ্জংগীদমক্।

২৭ / ৩ / ১৯৯১
সগোল্মাং।

# নঙ্গী য়েন্নীং

হায়্নৈ নঙ্গী মাইথোং তদেক্ তদেক্
য়েংবদা নুংশিবা পোক্ই
মীৎস্না থম্বাল্ অনীদা, খোইরূম্ মোমোন্ মীনোক্তা,
মথোং কারক্পগী ঈথক্লা থল্লি।
ঐসু তায় কবি কয়ানা নঙ্গী মরম্দা ইরক্পা
কলাকার্শিংনা য়েক্লক্পা সুক্মৎপা শক্তম্
ঐসু উই কয়াবক্ হন্না।
অদুবু নঙ্গী মোমোন্ মীনোক্কী মরুম্দা
লোত্তুনা লৈরম্মী ৱারী কয়া।
মাইথোংদা তারি মমি-
লান্, মুক্লবা অদুগা য়েক্লবা।
ভিএট্নাম্গী লান্‌ফম্দা
নাজিশিংগী কন্সেন্ট্রেসন্ কেম্পতা
জলিয়ান্‌ৱালা বাগ্‌তা
মথং মথং লেপ্পা লোইবা লৈতনা
নোংমৈ গুলিগী মৈচাক্ খাঙ্‌খিবা
খোঙ্উপ্ বুট্‌কী শংগন্গী
অদুগা ব্লেদ্‌কী ময়িনা ইখিবা ৱারী
নঙ্গী থোং নৌর হক্চাংনা

লেবোরেটরীগী চাংয়েং ওইনখ্রবসু
অমুক্ ফাওগৎলক্খি নঙ্না
তনৌ তনৌ তদেক্ তদেক্
অনৌবা মনাশিং চোংলদুনা
মপাল্না লৈতেংলদুনা
খোয্থুম্নরা উহৈগী মঙ মঙ্লিবা
উপাল্গী শক্তম্ ওইদুনা
অদুবু অমুক্সু হেক্তা থদৎখী নঙ্গী য়েন্নীং
মতম্গী তচাউ তচাউবা মখূৎনা
মথং মথং পেন্বা লোইবা লৈতনা
হীরোসিমা অদুগা নাগাশাকি,
নঙ্তবু উকুল ওল্হনগে তেম্শীংলক্খি।
ঐসু খঙ্ই লাক্ই হায়বা য়েন্নীংথা
হৈখা মপাল্, চূপ্নে মপাল্গী ফীজোল্ হোংলদুনা
অদুবু নঙ্দি লেপ্লি অসুম্ লেপ্লি
চোক্থবা লৈতনা হরাওবস্ পোক্তনা
নঙ্গী নৌর খূৎশাশিংনা
তপ্না তপ্না হাইরদুনা
মুরুম্ মুরুম্ নঙ্গী চীন্বাল্না
কায়্নবগী ব্রাহৈ শোল্লদুনা।
মরূপ্, য়েংবা ঙমদে ঐনা নঙ্গী পুন্সিবু
তাবা ঙমদে নঙ্গী ব্রারীবু
অদুনা ই শৈরেং
নঙ্গী কোগোক্লবা হক্চাংগী ফিজেৎ ওইনবা
ঐগী থম্মোয়্গী অশোক্পা মফম্শিং তাইশিন্নবা।

২২ / ৬ / ১৯৯৮
*তেরা।*

# লৈরাংগী লৈকাদা

নঙ্ লৈরম্দ্রবা ঐসু লৈরম্লোই
অথাপ্পদা তাম্না শন্দোক্লিবা
লৈচীল্গী, মালংগী, চেক্লাগী
শৈরোল্ মপূং ফারম্লোই।
নঙ্গী অশংবা চীংশিংগী ঈশৈদা সুম্হৎলদুনা
জগোয়্ খুথেক্ তল্লি অতিয়া।
নোংজ্ঞুগী, নোংথাংগী, ফূইরবা নোংখোংগী।
থাবল্ ঈথক্ হৌবী নঙ্গী মালেম্সু
তপ্না তপ্না লৈরি খূজেং
থাশিদগী পুর্ণিমা
নাকেন্থাদগী য়েন্নীংথা নঙ্গী নগুন্বু শক্তুনা।
মপোক্ লাংওল্ কয়াগী
পাউখোং চল্লি নোংলীক্শিং
নঙ্ অমর্দি ঐগী
লৈরাংগী লৈকা লৈকাদা।

*৩/৯/১৯৯৮*
*টি বি হোস্পিটাল্।*

# ঙম্খৈ

নুমিদাংৱাইরম্গী অঙাঙ্বা নোংজাবীগী
ঈথক্ হৌরবা অতিয়াদা
পাঈরিবা চেক্লনি ঐদি
ঈরোঈদুনা লোংদাউ তাউবী শান্নদুনা
পাক্লবা অতিয়াগী ঈপাক্ অসিদা ।
ঙম্খৈ লৈতে ঐগী পম্বুং
চীংদোল্ অমদগী চীংদোল্ অমদা
উপাল্ অমদগী উপাল্ অমদা
শাখপ্ তোয়্না পাইদুনা
শক্লি ঐনা ঈশৈ
য়েন্নীংথাগী অদুগা নোংজুথাগী ।
লৈশিংনা লৈকা ফন্না শাৎপদা
খোয়্থুম্নরা লৈয়োন্গী ঈরিক্লা চোৎলবা
নুংশিৎকী ঈপোম্লক্তা
মালেম্না শল্লাং চোইজাইনরক্পদা
শর্মাজগী বোকুল্ লৈরাংশিং
মীনোক্ তম্লক্পদা
পাইরি ঐনা চোক্থবা লৈতা
মালেম্গী চিথেক্ কোঞ্জিল্দা ।
সমুদ্রগী ঈরাউখোল্লক্তা ঙাইহাক্ পন্দুনা
আইফেল্গী টাৱার্দা তোংদুনা

জেরুসালেম্‌গী মোম্‌বত্তী পরেংলক্তা
খীক্‌থরম্বনি ঐগী মীৎকী পিশিং
পূক্‌চেল্‌ চাউবা মহাক্কী মফম্‌দা
তৌবীমল্‌ খঙ্‌বা ঊৎলদুনা ।
খা মেরুদগী অৱাং মেরু ফাওবা
নুমিৎনা থোক্‌ফম্‌দগী
নুমিৎনা তাখিবা লম্‌দম্‌ ফাওবা
পাইবগী চোক্‌থবা লৈতে ঐনা ।
নঙ্‌গী পীক্লবা খূরবা মীৎয়েংগী
নাপল্‌গী থম্মোয়্‌দগী
কাপ্‌থোরক্‌পা সাইরোং মরূনা
লেপ্‌হন্‌গে থৌরাংলিবা ঐগী খোঙ্‌চৎ
অরেম্বনি অরেম্বনি ।
নখূৎনা পোন্‌গী থোঙ্‌ হাংলদুনা
তাৎকী ঈশৈ শক্লদুনা
অহাউ অথুম্‌গী লাং থাক্লদুনা
ঐবু ফাগে তেম্‌শীংলিবা
তুক্কচৈ ঐনা নঙ্‌বু
তুক্কচৈ ঐনা নঙ্‌বু ।
নখূৎনা শেম্‌জবা পোন্‌গী মনূংদা
য়োৎহ্লীং ফলাং চল্লদুনা
নঙ্‌তনি বন্দি ওইজরিবা ।
ঐনা শক্লিবা ঈশৈগী শৈরোল্‌
খঙ্‌বা ঙম্লোই নঙ্‌না
ঐগী পুন্সি খোঙ্‌চৎকী অপেন্‌বা
ফংবা ঙম্লোই নঙ্‌না ।

*২৭ / ৬ / ১৯৯৭*
*তেরা ।*

# লৈগী অৱাবা

অঙাঙবা অঙৌবা নাপু মচুগী
কুন্দালৈশিং থিন্‌গৎলক্‌ই
পুন্বম্ পুন্বুন্ নৌব লৈখোক্তগী
মেঙল অয়ুক্কী কোরৌ মশেক্তা।
মোমোন্ নোক্লদুনা তেম্‌শীংলক্‌ই
লৈকাশিংদু হাইদোক্‌চগে হায়্‌না।
অদুবু খঙহৌদনা তচাউ তচাউবা খূৎ অমনা
পৎ থৎখি লৈখোক্তগী।
লৈনম্‌গী অমদি লৈচুগী মঙশিং
মঙফাওনহন্দবা লৈমন্ চন্‌খি।
মদুনসু পেন্দ্রদুনা তনৌবী লৈনাশিং
থদক্তুনা মচোই মচোই লংথরম্মী লৈমায়্‌দা
অদুগা চৎখি কাম্‌জাউ হুন্‌বা খূৎ অদু
পেন্‌বা লৈত লৈকোল্ অমদগী
লৈকোল্ অমা।

*৩০ / ৬ / ১৯৯৮*
*টি বি হোস্পিটাল্।*

# মঙালগী ৱারী

ঐখোয়না অহানবা মীৎ
পাঙলকপা মীৎকুপ্তুদগী হৌরদুনা
অমম্বনা লাংগোই চল্লম্লে ঐখোয়বু।
ঐখোয়না খঙলিবা হায়ববু অমম্বা অহীংনি,
শকথেংনরিবা লৈনীল কারবা কাগী ৱারীনি।
শক্লিবা ঈশৈসু য়েক্লিবা লাইসু অমম্বগী
থীরবা মুরবা তুফক তুফাই চল্লবা
শক্তম অমদি মরমচত্তবুনি।
অদুগা মঙাল
মঙালগী ৱাসু ঐখোয়না তায় ৱারী ওইনা।
লৈনা শাৎপা খোইমুনা ঙংবা চেক্লানা খোংবা
মালংগী, লৈচীলগী, থাবল অমদি নোংজুগী ৱারী
তারগা ঐখোয়না লাঙতক্লে।
অমম্বগী ক্লুয়োম্নুংশিনা ঙসিদি
কুমজা কয়াগী মতূংশিদা
খঙহৌদনা শারেপ ফারক্লে ঐখোয়
হকচাংগী কায়াৎ কায়াত্তা।
অঙাঙবা ঈখেংনা শাফু কন্না চেল্লক্লে

হক্চাংগী শিংলী শিংলীদা।
ঐখোয়্গী কল্লবা পান্বোম্ কোটি কোটিনা
অমগা অমগা য়েংনরক্কে।
কয়াম্ কুইনা লোন্খিগনি থোঙ্জাউ অসে
চোৎলবা, মন্নবা নম্থীরবা কাবু ঙাক্ শেল্লিবা
থোঙ্জাউ অসে ?
ঙসিদি ঐখোয় অমুক্ শক্পা পাম্দ্রে
অমন্বা ঈশৈসে
লংথোক্খ্রগনি অমন্বা টুরি
মচীন্ পঙলবা কলম্সু।
মঙ্ মঙ্লি ঐখোয়্না মঙাল্গী
অঙন্বা অয়ুক্কী মশেক্তা কুরাক্শিংনা কোয়্না পাইবা
নুংশিবা লৈনম্ খূজোক্ খূজোক্ চাইথদুনা
মালংনা কেকু লোৎচবা।
অশংবা মনালক্তা তনৌবী মাইথোং তংখায়্ লুক্থনা
লৈশিংনা মোমোন্ নোক্চবা
অমুক্ তপ্থবা ঙম্দ্রে ঙসিদি
মথোৎ কারক্কবা ঐখোয়্গী পান্বোম্শিংশে।
অমগা অমগা যেংনদুনা মুকম্ মুকম্ শোন্নবক্কে
খাচীক্লনা লেপ্পবক্কে
মতীং থোক্লা কাওখায়নরক্কে।
নোংমদি শোয়্দনা হাংদোক্করগনি
কল্লবা য়োৎকী থোঙ্জাউ অসে
অসুক্ কুইবা মতম্ ঐখোয়্বু ফাজিন্দুনা থনল্লিবা।
অমন্বা কা'শিগী মনূংদা শন্দোরক্কনি কোরৌ মশেক্লা
চেন্ চোংনা শান্নরগনি
লৈনম্ পুবা মালংবনা।

*৩ / ১০ / ১৯৯৮*
*তেবা।*

# চ্যেক্পল্ অমসুং মীশিং

চ্যেক্পল্ অমা অসুম্ অসুম্ ৱাংখৎলক্লি।
মীয়াম্ অমনা লাউ খোংলি
কপ্লি মমীৎকী পি শিন্থনা
চ্যেক্পল্ অসিগী মখোঙ্দা
মকোক্ থেংজিন্দুনা।
মখোয়্না হায়রি, ৱাংখৎলক্পা য়াদে
চ্যেক্পল্ নঙ্ অসুম্ অসুম্
নঙনা অসুম্ ৱাংখৎলক্লগা
লাপ্থোক্লরক্লে ঐখোয়্সু অসুম অসুম্
অমগা অমগা ঊনরক্তরে।
মরূপ্ মপাং মরি মতা
নোংমা নোংমগী কাউনরক্লুনা
মীতোপ্ ঙাক্তা ওইনরক্লে।
চ্যেক্পল্ অসিগী ৱাংমা ৱাংমা লেপ্লরদুনা
মীশিংনা লাউরি চোং ফল্লি।
অদুবু করিসু নাচুংদে চ্যেক্পল্না।
মকা লাম্না নোক্লদুনা অসুম্ অসুম্
হাইগৎলক্ই মরাই
অতিয়াগী মরেপ্ তাল্লকই।
মনীংতম্না পাইজবা লৈচীল্

অমদি চেক্লাশিং খোঙ্‌চৎ কায়রদুনা লেপ্লক্‌ই
ইঙক্ ঙক্লা য়েংনরক্‌ই
অতিয়া খেৎলবা শম্বল্ অসিদা।
শাউনরবা মীশিংনা মকছি থোক্লা লংশিন্নরক্‌ই
নৃংদুম্ চ্যেক্তুম্ থাঙ-তা
নোংমৈ গুলি কাপ্‌শিল্লক্‌ই ঙম্‌জবী শক্তি
পুথোক্তুনা চ্যেক্‌পল্‌গী মশাদা।
অদুবু থক্তোরক্তুনা পাল্লে
মীশিংগী মশাদা মকোক্তা মফৈগন্দা।
মশা মশাদগী চেষ্টরক্‌পা ঈগী তুরেল্‌দা
লুপ্‌ফেৎ লুপ্‌ফেৎ ঈরাক্লরক্‌ই
মশা মশাগী খৃৎলাইনা শোক্লরদুনা
অন্দলোন্ হৌরম্বা মীশিংগী।
খোঙ্‌থাফম্ লৈত্রদুনা কাবা হৌনরক্‌ই
চ্যেক্‌পল্‌গী মশাদা মখোঙ্ মখৃৎ নপ্‌শিল্লদুনা
হৌজিক্তি মখোয়্ পূম্নমক্ ককচেং ওক্তোরক্লে।
পীক্ল পীক্লবা মখোঙ্‌শিংনা চেৎনা নপ্‌শিল্লদুনা
চ্যেক্‌পল্‌গী মশাদা চেন্‌বা হৌরক্লে
লৈজবা মথৌনা ফৃদোক্তুনা।
উন্‌ব্রাইমুক্ চীক্‌খ্রে অতিয়া
উন্‌ব্রাইমুক্ চীক্‌খ্রে পৃথিবী
খোঞ্জেল্ অমত্তসু তাখিদ্রে
মহৌশা খোঙ্‌চৎ হোংলক্লে।
হোংদ্রিবা হায়্‌ববু
অতিয়াগা লাম্বা তৌরিবা চ্যেক্‌পল্ অসিনি।
চ্যেক্‌পল্ অসিবু মাইথীবা পীগনি খল্লিবা
ককচেং শংগুগী খোঙ্‌চৎ অসিনি।

*৪ / ৭ / ১৯৯৮*
*তেরা।*

## কাগী ফল্লাং

খূরবা, মন্নবা, অদুগা কম্বা কল্লেংনরবা
ঐখোয়্গী য়ূম্গী কাগী ফল্লাং মরিনা
অসুম্ অসুম্ চপ্খায়্রক্‌ই
ঐবু, ঐগী ইচাশিং অমদি ঐগী ইপুরোইববু।

ফক্লাংদা থেৎলিবা লাইশিংনা
মখূৎ থিন্দোক্লদুনা ঐখোয়গী খৌরী তল্লকই।
অসুম্ অসুম্ খাঙবা ঙম্লক্ত্রদুনা
পীক্লবা ইচাশিং কোন্দুনা চেম্থোক্‌ই ঐনা কাগী মপান্দা
অহাঙবদা নুংশা শ্বর অমত্তং শাংনা
হোন্দোক্চগে নীংদুনা।
পীক্লিবা ইচাশিংগী লূরবা মমীৎশিংদা
মূনা য়েংদুনা মখোয়গী খেক্ খেক্ নোক্পা
থৱায় তাবা মীনোক্কী ঈথক্তা তাউজদুনা
ঐনা ৱাখল্দা শাগৎচখি
ঐখোয়গী কাগী শক্তম্ অমা—
অতিয়া মচুগী ফক্লাং
অতিয়া মচুগী শিলিং
অদুগা অতিয়া মচুগী মৈঙাল্।
ফক্লাংদা থেৎপা লাইশিংগা ঐগা
মোমোন্ নোক্লা পূক্চেল্ তিংনা ৱারী শান্নবা
মচু মচুগী ফুলগ্লাসকী লৈশিংগী লৈনম্গা
পীক্লিবা ইচাশিংগী হরাউ তয়াম্ খোঙ্জেল্গা
কাগী চিথেক্ চিথেক্তা কেকু লোৎপী শান্নবা।
অদুবু অসুম্নঙাক্ লেন্বদি য়াদে পুন্সি
অমুক্ হঞ্জিন্বা তারকই
পীক্লবা ঐখোয়গী কাদা
কন্থা কল্লেংনরবা ফক্লাংশিংগা
শয়েং পান্মোম্ ঙানদুনা
শেম্দবা য়াদে খোঙ্ফম্
ঐখোয় ইশাগী অদুগা পীক্লিবা ইচাশিংগী।

*৩ / ৯ / ১৯৯৮*
*টি বি হোস্পিটাল্।*

# মিপাইরক্লে

১

লৈখোঙ্‌দা লিন্‌খাক্‌ লৈনাদা লৈখোম্‌
থোৎ নৌরবী লৈকাদা তারি মমি
চৈনাগী পিরাংগী অওৎ অনৈগী।
অদুনা মঙ্‌জরম্বা মঙ্‌লান্‌শিং
সুম্মৎপী লৈনমগী অদুগা লৈচুগী
মঙ্‌ফাওনদনা অসুম্মক্‌
লৈমন্‌ চল্লদ্রা মিপাইজরক্লে ঙসিদি
অপোম্বীশিংনা পোম্‌শাৎনদনা
পোম্‌শাৎনবীশিংনা শাৎকাইবা ঙম্‌দনা।

২

অপীক্‌পা অঙাংশিংনা চেন্‌ চোংনা শান্নে
মাইথোং মকা লাম্না
ফোঙ্‌ ফোঙ্‌ শাবা ঈগী ঈচেল্লক্তা
ঈ খূজোক্‌ খূজোক্‌ পায়্‌খৎনদুনা
চাইশিন্নে মখোয়্‌ মশেন্‌
অমনা অমগী মমায়্‌ মমীত্তা, মকোক্তা, মশাদা,
মদুনসু পেন্দ্রদুনা খবোম্‌ থন্না থক্লরি।
ঈগী মহাউ ফংলবদা
ময়াই কানা ঙাওরদুনা
মখোয়্‌ মশেন্‌ ওন্সিন্নরক্লে
অমনা অমগী ঈখেং তান্নরক্লে
অদুগা অসুম্‌ অসুম্‌ উনা উনা হোংলক্লে
মখোয়্‌গী মরম্‌চৎ
নৌরবা কুচু, সুম্মৎলবা শক্তম্‌ অদুগা মীৎফম্‌।

২৭ / ১১ / ১৯৯৭
*তেরা।*

# নোং’ফাদোক্

তারম্বা নোংসু হাংখ্রে
হৌজিক্তি অতিয়ানা চিংথোরক্লে
নোংজাবী মচুগী কোক্‌খুম্‌ফি।
শরা শন্না কূপ্‌শিল্লক্লনি
মহাক্কী চান্নবী মালেম্‌গী মাইথোংদা
মোমোন্ নোক্লা।
কুইরে ঐসু লেপ্পক্লিবা তোর্ব্বানশিদা
অকন্‌বা ঈচেল্‌না হঞ্জিল্ হঞ্জিল্
থুগাইবীখ্রবা লৈরাইশিং
হঞ্জিল্লক্লি অসুম্ অসুম্
থুগাইরদুনা তুরেল্‌গী শক্তম্।
শেৎ শেৎত্তুনা চানরক্লি
ঙাজাওশিংনা ঙা মচাশিংবু।
উপাই লৈজদবশিংগী তেংথা নাওই
খোঞ্জেল্‌না নিল্লি মফম্‌শিদসু।
কুইরে ঐনা য়েংলক্লিবা কুম্মৈসে
হোংবা লৈতে শক্তম্‌শিং মীৎকুপ্ অমত্তসু।
ঙসিদি ঈচেল্‌গী ঈরোন্নুংদা তারিবা
ইশাগী শক্তম্ উনা উনা হোংলক্লে।
চেন্ চোংনা শান্নহৌরি
অথাপ্পা চীংদোল্‌দা, লম্পাক্তা

অশংবা ফৌনাগী লৌবুক্তা
থরো, থম্বাল্, থারিক্থাগী
ঈথক্ হৌরবা পাৎপান্দা
অফা অপুন্নদা নীংতম্না
অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিনা।
নিল্হৌরি খোঙ্বাংশিং
তান্নবা হিদেন্ তাফম্দা
মথোৎ কারক্পা ঈশৈগী
কায়নখ্রবা কয়াগী মীৎলুগী
পিরাংলক্তা ওঙ্হৈইনা।
পুন্সি হায়্ববু করিনো?
পুন্সি হায়্বসি ঙাইবরা? মৈচাক্লা?
থম্মোয় কায়্বগী চৈনাশিংদুরা?
মীৎকুপ্ মীৎকুপ্তা শিঙ্হল্লি ঐবু মীৎকী পি
রারী কয়ানা কায় তোইখ্রবা
আশাগী ফূরা কয়াগী।
ঙসিদি মতম্গী শাফূনা
হঞ্জিল্ হঞ্জিল্ নৈথেক্খিদুনা
ওল্লক্লে ঐগী তদেক্ তদেক্লম্বা শক্তম্সু
লম্মৈ চাক্খ্রবা চীংমায়্গী
নীংবা কায়্রবা মাইথোংগুম্
লেপ্লি ঐনা তোর্বানসিদা
ইশাগী ইমি য়েংদুনা
মহৌশাগী শক্তম্ য়েংদুনা
হোংলিবা,হায়্ববু ঐতনি
মরীক্ অমত্তসু হোংবা লৈতে
অতিয়া অমসুং মালেম্গী মরম্চত্তি।

৬ / ৮ / ১৯৯৯
*তেরা।*

## লান্

নুমিৎ তাশিল্লক্পদা
মচাশিংনা য়োম্শিল্লি মমাগী নাক্তা ।
''ঐগী ইমানি ঐগী ইমানি ।''
খৎনরক্ই মখোয় অমগা অমগা
ফীজি পায়দুনা চিংনরক্ই মমাগী
মখোয় মশেন্ মশম্ ফোয়্নরক্ই
খৃজিন্না খোৎতৎনরক্ই
ঈহিং নাইহিং শানরক্ই মখোয়্গী মশাশিং ।
তৎলবা শম্নাশিং অমদি তোংশাশিংনা
থল্লক্ই লৈমায়্থক্তা ।
মিপাইরবী মমানা লাউজৈ থম্মোয় শাক্লা
''নমানি ঐ নখোয় পূম্নমক্কী
চপ্ মান্নে ঐগী ইফম্দদি

ইচাশিংগী নুংশিবা
করম্বনা অহন্নো
করম্বনা য়াইমনো
করম্বনা অতোম্বনো
চপ্ মান্নে ঐগী ইফমদদি।
নখোয়্গী নশাদগী শিঙ্গরক্পা ঈশিং
ঐগী ঈ ঙাক্তনি
করিগী খঙদবগে নখোয়্না ?"
অদুবু তাবীদে মচাশিংনা ব্রাহে অমত্তসু।
মখোয় মশেন্ ফূন চৈনরম্বদগী তোক্থোক্তুনা
পায়্নরক্ই মমাগী পাম্বোম্শিংদা
শম্দা, ফৈগল্দা খ্বাঙ অমদি নীংজোল্দা
তম্থীবা মওংদা মুন্নরক্ই
"ঐগী ইমানি ঐগী ইমানি।"
শম্নাশিং তত্তুনা কেল্লক্ই
পাম্বোম্শিং ফৈগল্শিং তত্তুনা তারক্ই
লৈমায়্থক্তা।
ফীজোল্ পূন্নমক্ কোল্লক্ই।
মচাশিংগী ঈচেল্লক্তা তিল্লক্ই মাগী
হক্চাংদগী চেঙ্গরক্পা ঈচেল্সু।
হৌজিক্তি পি শিঙ্গদ্রে খোঞ্জেল্ অমত্তসু
থোল্লক্ত্রে, নুংশাশ্বরসু ফূইদ্রে।
লম্মৈ চাক্খ্রবা চীংদুম্ ওইনা
তুম্পক্ তাশিন্দুনা খিল্লক্ই
মহাক্কী ফীভুম্ চাদ্রবা কোগোল্লবা হক্চাংনা
অহীংগী অমম্বদা ব্রাকৎ অমত্তসু থাংগত্তনা
কনাগী মফম্দা।

৩ / ৭ / ১৯৯৯
*তেরা।*

# পন্খৈ

মীৎকৃপ্ মীৎকৃপ্তা নূংশিংনা ওইরক্ই লৈ
অদুগা লৈশিংনা ওইরক্ই নূং।
নূংশিংনা সুন্মৎলদুনা লৈগী শাথেক্তা মঙ্ মঙ্জরক্ই
অশংবা লৈপালগী মচু মচুগী লৈরাংগী
থেক্ক থেক্ নৌগ নৌ জগোয় খুথেক্ তল্লক্ই
অশাৎপী, অপোন্বী, পোম্শাৎনবী কয়ানা তৌবগুম্
অদুবু মথংগী মীৎকুপ্তা লৈশিংনা থাদোক্লক্ই মখোয়গী মরম্চৎ
নূংগী চৈনা ফংবদা থোৎ নৌরবী লৈকাশিংদা
নূংদুম্ চেক্রুম্গী লেন্ হৈথরক্লবদা।
লৈকাশিং শেখরক্ই লৈখোক্তগী
কেল্লক্ই লৈরীক্শিংসু লৈহীগা লোয়্ননা
চোইজাইনরক্ই মালেম্থক্তা,
নীংঙম্দবগী তেংথাখোল্গা লোয়্ননা।
মথংগী মীৎকুপ্তা লেপ্লক্ই মখোয়্
কম্বা কল্লেংনরবা নূংগী শক্তম্দা
নীংথিবী লৈশক্ লৈচুগী মহুৎ
নূংগী চরোং য়াম্বরক্ই
নূংগী মচুতনা থল্লক্ই মালেম্গী লৈকোল্ লৈকোল্দা

১ / ৭ / ১৯৯৯
*তেবা।*

# ক্রিমেসন্ গ্রাউণ্ড

য়াম্না তম্থীবী অদুগা মতাং হৈবী সাইরেন্গুম্
শক্লি ঈশৈ ক্রিমেসন্ গ্রাউণ্ডনা।
মহাক্কী অকোয়্বদা কোয়্চেন্ চেল্লি
অমুবা সগোল্ অমা তপ্থদনা
ঈশৈনা ঙাওহল্লদুনা।
তৌবা য়াবা নম্থাক্মখৈ অরান্বা অথীবমখৈ
তৌরুরবা মতুং চেন্শিন্নরকই মফম্সিদা
চাক্লিবসু, মীচম্সু অদুগা নিংথৌসু
ঈশৈনা সুক্ষৎলদুনা মশাদা ফিজেৎ অমত্তসু
পক্তনা, মাইথীবগী অরোইবা নম্বো পোদুনা।
মফম্ অসিদা থারৈ মখোয়্গী নম্বোশিং।
মরি মতা কয়াগী নক্লবা মীওই কয়াগী
মীকপ্ মীরাওনা ঈথক্ হৌহল্লি
মীৎকুপ্ মীৎকুপ্তা মফম্ অসিদা।
শ্বর পীক্লা হোন্দুনা মনা থাংগত্তুনা তারি
খোঞ্জেল্শিং, মীকপ্খোন্শিং
ক্রিমেসন্ গ্রাউণ্ড অসিনা।
ময়া লাওনা কাথোক্তুনা য়োৎশিল্লি
মীশিংবু অমগী মথং অমা
লেপ্পা পেন্নবা লৈতনা।
অদুগা শক্লি-সুক্ষৎনা ঈশৈ
কুদ্রুক্ কুদ্রুক্, কুদ্রুক্ কুদ্রুক্
অমুবা সগোল্গী
খোঙ্থাংগী তাছা চান্ননা।

## পৃথিবী

নঙগী খোঙচৎ নোংমা নোংমগী তায়্ওন্নরক্লে,
মিপাইবা পোক্লক্লে
নোংমদি নঙ চপ্ লেপ্তুনা লৈখ্রগদ্রা
নঙগী ব্রারৌবগী অরোইবা পন্থৈ অদু লাক্লবদা ?
চহী চুপ্পা লাউখোংলিবা
নঙগী সমুদ্র ঈরম্ তরেৎকী
মন্ন মুর শন্নাংগী ঈথক্ ঈপোন্না
ঙাওহল্লবা নচাশিংসে
নোংমা নোংমগী ওঙ্গোরক্লে সাইরেন্ ।
নঙগী লুহুপ্কী লৈতেং ওইরিবা
তাঙলবা হীরাশিংগী মশেক্ মঙাল্না
তাঙহন্খ্রে মখোয়্গী মমীৎশিং
অদুনা মকু ওন্দুনা পাইরি মখোয়্
নঙগী অতিয়াদা ।
পীক্ল পীক্লবা শম্বল্না খাজীন্দুনা
মিহৌ চাউবগী য়োৎলি তারা তিংদুনা,
নঙগী থম্মোয় ফিরাক্ শেগায়্বমখৈ
শায়েন্ ঙায়েন্নরি মখোয়্না
নঙগী থোৎল হক্চাংবু ।
ঙশিদি ফীজোল্ অমত্তা পক্তা
থক্ থক্ নীক্লা

তাশিন্দুনা পিশক্ পীক্লা কাঙ্‌ক্রুম্‌গুম্ তারি নঙ্‌না।
নোংমা নোংমগী কেল্লক্নে নঙ্‌গী শন্নাংশিং
শম্‌জিগী বোকুল্ লৈরাংশিং।
মশাগী শক্তি মরায় চায়খ্রবা থৱান্‌মিচাক্ মথীগুম্
তারি হায়বদি নঙ্‌না
করম্বা নচানা খঙ্‌বীবগে?
মখোয় খূদিংমক অশংবা ঊনাবু পাম্মী হায়বদাই
অঙৌবা খুনুগী মঙ্ মঙ্‌ই হায়বদাই
অদুনরনে ঙসি
লোক্ লোক্ শৌরবা লাভাগী ঈচাউ থোক্লিবসে
মখোয়গী থম্মোয়দা?
নঙ্‌না থেংনরিবদি
তিয়েন্ আন্‌মেন্ স্কোয়ারনি
অবুগ্রাইব্ অদুগা বেস্‌লান্নি।
ঙসিদি অমুক মমি তল্লখিদ্রে
নঙ্‌গী পীবুক্লুংদা যীষু অমা গান্ধী অমা
তেরেসা অমা।
ফর্টিলাইজদ্ জাইগোৎ ওইহৌরিবৈঙে
মখোয় লোইনা
ক্যারেট থাদুনা কোখোক্‌খ্রে।
পীক্লবা ধর্ম্মগী শম্বলশিংনা
অতিয়া পক্লা ৱাংখৎলক্লুনা
লম্‌খন্ ওন্দুনা কূপ্‌থরক্নে
নঙ্‌বু লৈরোল্ চন্‌শিনখিগদৌরে।
অদুনা মসিন্নু নেৎখায়বা ঙম্বা
খোঙ্‌পাক্ অমনি
নঙ্ অমদি লান্‌ফা ওইরবশিংনা
লান্‌ফম্‌সিদা ঙসি ঙাইহৌরিবদি।

৬/৯/১৯৯৯/

## হৌদোং

সহরগী গলি গলিদা
খুঙ্গংগী লৈরক্ কোন্সাংশিংদা
কোইচৎ চৎলি নোংঙান্বদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা
লূখাক্ চাবা হৈনরবা
হূরান্ লোঞ্চৎনরগতা পেঞ্জরবা হৌদোংশিংনা।
মখোয়্না লাম্বোক্ই হৈশিংনা
চোক্পল্ অমদি শম্বল্শিংবু।
মখোয়্না খোয়্জংদে য়ূম্বুবীনা পীজবা
শঙ্গোম্ অমদি ঙা মতোঙ্শিংদা।
থন্বা কৌবা লৈতে মখোয়্গী মবুক্
ঙা মরূ অমদি অপূম্বা শদোংশিংবু চাদ্রিমখৈ।
অদুনা চৎলি লুখাক্কোম্ অমদগী
লুখাক্কোম্ অমদা।
অথেঙবা অহীংদা মখোয়্না হল্লক্ই
খোঙ্থাং তপ্পা থাংলদুনা
কোইরপ্ কোইরপ্ য়েংলদুনা
মখোয় মখোয়্গী য়ূম্বুবীশিংগী ফম্থক্তা
অমোৎপা মখোঙ্না মোৎহল্লক্ই ফীজি ফীনা
মহীক্শিং শন্দোরক্ই লেপ্তুনা
ফীজি অমদগী ফীজি অমদা
মীগী চূপ্খাক্তবু পাম্জবা হৌদোংশিংনা।

১৭/৮/১৯৯৯
*তেরা।*

## মরূপ্ য়েক্লবা

ঐনা চৎলিঙৈদা চারিঙৈদা অদুগা
তূম্লিঙৈদা ঐগী য়েক্লবশিংনা ঐবু
হেক্ হেক্ লাংগোই চঙ্গিল্লকৈ।
মুরুম্ মুরুম্ শোন্নরদুনা মখোয় মশেন্
খানা য়েংলদুনা ঐবু
ইঙ্গিৎ তৌনরকই মখোয়্
হাৎকে হায়্না তেম্শীংলকই।
কিরদুনা, খাঙবা ঙম্দ্রদুনা ঐনা
থৌরবা থাঙ্ খূতুম্ চেৎনা পায়্খৎলি
অদুগা হাইথৈ ঐনা অহীংগী অমম্বদা
ঐগী য়েক্লবশিংগী মঙক্তা অমমম্তা ওইনা
অদুগা তূম্বা থেম্ই ঐনা
শাংলবা ঙাইবদা ৱারবা অহীংগী
অমম্বা মপৈগী ফৈজূপ্ চিংখত্তুনা।
ফৈজূপ্কী লৈরোন্নুঙদা মায় লূপ্শিল্লদুনা
মঙ্ মঙ্ই ঐনা অনৌবা আশাগী
অনৌবা পুন্সিগী অনৌবা কোরৌ মশেক্কী।
নোংঙাল্লক্লবদা অমম্বা অহীংগী পল্লোন্
ৱাংমদা ঐনা য়েংলুই মঙক্কা মশাগা
তোঙান্ তাখ্রবা ঐগী য়েক্লবশিংগী শক্তম্শিংবু।

অদুবু কদায় মখোয়দি ?
মশাগা মঙক্কা তোঙান্ তাদুনা লৈরম্মী
ঐগী মীৎমাঙ্‌দা ঐগী মরূপ্‌, ইমা, ইচা
অদুগা ঐগী ইপুরোইবগী হকচাংশিংনা।
খাঙ্‌বা ঙমদ্রদুনা মীৎচেৎনা উইশিল্লি ঐনা
নোংঙান্‌বা কৌবা লৈত্রবা অমম্বা অহীং অমগী
অকিবা মঙ্‌লান্ অমবু ইথানুংদা চেৎনা কোন্‌শিল্লদুনা।
অসুক্কী মতিক্ মরৈ মরা চাউই অদুগা মতিক্ লৈ
ঐগী য়েক্লবদি।
খঙ্‌হৌদনা উরুবদা ঐগী মরূপ্‌কী, ইমাগী,
ইচাগী অদুগা ইপুরোইবগী য়েংহৈদ্রবা
শক্তম্‌শিং
থৌনা পূম্নমক্ উৎ ওল্‌হল্লদুনা
ঐগী য়েক্লবগী মথক্তা শাগৎখিবা
ইকোক্ নোম্ব্দুনা লেপ্লি ঐনা
উপাই লৈত্রবা বন্দি ওইদুনা
ঐগী য়েক্লবগী মমাঙ্‌দা
ইখুৎকী থাঙ্ মখূত্তা শিন্নরদুনা
মাইথীবা পূম্নমক্ ইশানা য়াজরদুনা।
অসিতদা মহাক্ মোমোন্ নোক্লকই
ঐবু য়াম্না নুংশিনা
খল্লম্বা ৱাখল্‌গী ওন্ন তৈনবদা।
মরূপ্ য়েক্লবা, য়েক্লবা অদুগা মরূপ্
কনানা কনানো খন্দোক্‌ফম্ খঙ্‌দনা
ঐনা য়েংই কক্‌থ্রবা কোক্‌শিংদা
হক্‌চাংশিংদা অদুগা ঐগী মাঙ্‌দা লেপ্লিবা
শকপান্নবা মূত্তীদা।

*১৯ / ৯ / ১৯৯৯*
*তেরা।*

## গৌতমদা

গৌতম্, নঙ্ কনানো খঙবা পাম্মী
নঙগী মরমদা শৈরেং ইনীংই।
ঐনা মীৎ হেক্ পাঙথোরক্পদগী ঙসিফাওবদা
থেংনরিবা মীশিং অসি উরগা
ৱাহং কয়া লাক্‌ই নঙগী মরমদা।
ঐনা থেংনরিবদি ঐগুম্বা মীচম্নি
হিংনবগী ল্লান্‌ফমদা মাইথীরবা মশক্ মচু থোক্ত্রবা
অদুগা অমরোমদা মশাগী ওইজবতনা হারবা
নাপল্ চাউবা, লান্ পাম্বা, অপাম্ মিহৌ,
কল্লক্ খম্বন্‌বগী লাংদা থুরবা
মীচম্‌শিংগী মথক্তা নেত্তুনা

মরায় লোংনা পাল্লিবা
শক্তি পায়বা মীওইশিংনি।
হাৎন সুনবনি লান্নি, অকনবনা অশোনববু
শেত্তুনা চাবনি।
অদুনা থাজবা ঙম্দে ঐনা নঙ্বু।
ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ
নঙ্গী ৱারী তাবদা পূক্লিং সুম্মৎলি।
নীংশিংলি ঙসি ফাওবদসু নঙ্গী অরান্ খুভম্গী মন্ত্র
"সংঘম্ সরনং গচ্ছামি, ধর্ম্মং সরনং গচ্ছামি
বুদ্ধং শরনং গচ্ছামি।"
ঙসিদি নৌহৌননা খল্লক্লি
মন্ত্রসিনা কদায় ফাওবা হোংহনবা ঙম্লবগে
তাইবঙ্ মীওইববু
মীওইবগী তাইবংপানবু।
অৱা অনা অশিবগী চক্রবেহ্দুগী নাছোক্পা ঙম্দনা
হিংলি ঙসিসু মীওইবনা।
অদুনা গৌতম্, নঙ্ গৌতম্না
নৎত্রেগা বুদ্ধরা
ঐঙোন্দা অচৌবা ৱাহং অমা ওইরক্লি।
ঐগী থম্মোয়দা কাউবা ঙম্দনা মমি তারিবদি
নঙ্গী গোপানি
শেৎনা খাইনবগী মৈশা লাংলবী
মথোৎ কারক্পগী লৈহীনা চোল্লবী
ওইজ তানবা মীরক্তা হিংহৌরবী
অশোন্ অনা অশিববু মাইয়োক্নহৌবী
নঙ্গী যশোধারাগী ৱাখলনি
ঐগী থম্মোয়দা হক্চিন্না মমি তারিবদি।
লেপ্লম্গনি মাদি থোঙ্জিন্দা লাঙ্তক্নরবী মীৎস্নানা

নঙগী মায়কৈ য়েংদুনা নাকেন্থাগী নুমিদাংবাইরম্ খুদিং
অমমম্তা ওইনা খীক্থরক্লবদা
মরূ কোক্ল পামেল্গী ঊনাশিং
কায়না ঈশৈ ঙংলদুনা।
য়েন্নীংথাগী নুমিদাংবাইরম্দসু
পোম্শাৎনবী অদুগা শাৎকায়রবী লৈশিংগী
ফমুং শেম্বতদা চোক্থরবী খূৎশাশিংবু
তৌফম্ খঙ্দ থেক্ল থেক্লদুনা
মীৎলুগী পিরাং অমদি ফূইরবা নুংশা মপীতনা
মহাক্কী পুন্সিবু ঈথক্ হৌহল্লদুনা।
অকাউবগী ফীজং হাইদোক্লুনা য়েংউ নহাক্
অদুঙৈগী লুম্বীনিগী লৈকোল্
লৈশাৎ তম্থিবা ফুগাইরবী লৈরাংশিং
লৈহী থিবদা লাঙ্তক্লরা খোইশিং
লৈরীক্লা চোৎলবা লৈমায়্
হৈনৌ মপাল্গী মনম্, কোকিল্গী খোন্থাং
অদুগা পুর্ণিমাগী থাবল্।
মহৌশাগী সুক্ষৎপা শক্লোন্বু মায়্থীবা পীদুনা
লেপল্লখি নঙগী গোপানা নঙগী মীৎমাঙ্দা
নঙগী মথোৎ কারক্পা পুন্সিদা।
কৎচখি মহাক্কী থম্মোয়্গী লৈয়োন্।
লৈকাগী লৈরীকশিংনা ইখি নঙগী নমিংতবু।
মসিনি পুন্সি মসিনি পুন্সি
অহীংবশিংনা ঈখৌ লাংলিবা।
অদুনা শিদার্থ, নহাক্ পুন্সিদগী নাথৈদুনা চেন্খিবা মীচেল্লা
নৎত্রগা মঙাল্ ফংলবা অথোয়্বা মীরা
মসিনি ঐগী ইফম্দা অচৌবা ব্রাহংদি।

*১৫ / ২ / ১৯৯৯*
*টি বি হোস্পিটাল, চীংমৈরোং।*

# অপীক্পা ইমুংশিংগী ৱারী

ঐগী অপীকপা ইমুংগী কাচিন্ কাচিন্দা
নুমিৎ খূদিংগী পৈখৎলক্ই অসুম্ অসুম্
এক্সপ্লোসিব্শিং ন্যুক্লিয়র্শিং
ঐ অমসুং ঐগী ইপুরোইবগী মরক্তা
ঐগা ঐগী ইনেম্গগী মরক্তা
ঐগা ঐগী ইচন্শিংগগী মরক্তা

*য়েন্নীংথা নঙনা খোঙদোই হুল্লকপসিদা/৯৬*

অদুগা মৌ মশেন্‌গী মরক্তা
ঐগী ইপুরোইবগা মহাক্কী মচীন্‌-মনাওশিংগগী মরক্তা।
অসুম্না অপীক্‌ অপীক্‌পা ইমুংশিংগী
ফক্লাং শীংখোংশিংদা
মৈগী চীংশিংনা মীকুপ্‌ নাহুম্‌ শিংনা
পোক্‌থায়্‌নবগী তাঞ্জা য়েংদুনা লৈরি
সুপ্নগী খোঙ্‌ফম্‌ অমগী
সুপ্নগী লংলা অমগী।
অদুগা ইমুংশিংসিদা লৈরিবা
মীশিংনা য়েক্লবা হোৎনৈ
পাক্‌চাউরবা ঙৌরুনবা কেন্‌ভাস্‌থক্তা
অঙৌবা খুনু অমা মচীন্না অশংবা ঊনা চীক্লদুনা
নৌম্‌হৌ নোম্‌হৌ পাইবা,
মহাক্কী অমোন্‌বা অঙৌবা মচুনা
অশংবা মালেম্‌ থক্তা
লুপা মচুগী ঈথক্‌ চাইথবা সুক্মৎলবা শক্তম্‌ অমা।
অদুবু য়েক্‌পা ঙম্‌দে কনানসু।
মৈরীগী শক্তম্‌ লৌরক্‌ই কেন্‌ভাস্‌না
তাংগোই চবুন্‌ অমগী শক্তম্‌ লৌরক্‌ই
লুপা মচুগী খুনুনা।
মৈরীক্‌ মৈখুনা থল্লক্‌ই অতিয়া।
অপীক্‌পা ইমুংশিংগী কা-শিংদা
তুমিন লোৎলিবা মৈগী চীংশিংদা
লাভাশিংনা লাক্লা ফানঙম্‌দা
চেন্‌ চোংবগী শাফুনা অসুম্‌ অসুম্‌
খোঙ্খাং য়ৈরক্‌ই পাক্‌ চাউরবা মালেম্‌দা

*১১/৫/২০০০*
*তেরা।*

## চৈরাক্

নীংবা থুংদ্রবা, চাক্থুঙ শেখুঙ্দ্রবা
ঐখোয়্না শাউই ঐখোয়্গী
অহল্ ওইরবী অপোক্পী ইমাগী মথক্তা
মহাক্পু থীনা থীনা চৈ
'চায়াম্ পোক্পী, নচা য়োক্ থাক্কনি খঙ্দবী,
লম্চৎ নাইদবী, শূনিংদবী
লৈজনীংদ্রে নঙ্গী মোংফম্ ওল্লবা ইংখোল্সিদা
নঙ্গী কীছরক্লবা খাংপোক্সিদা

কদায়্দনো অমা হোংজখ্রগে ঐখোয়্।”
চৈবনসু পেল্লক্তুদুনা মখজাইদা খূৎপাক্লা থাজিল্লি
নাক্থংদা খোঙ্পাক্শিংনা কাওশিল্লি
মশম্ মনা ফোয়্দৎপী।
ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙ্দনা
তুমিন্ লেপ্পুনা লৈ মহাক্তি।
অয়ুক্ নুংথিলগী মতম্দা
নাকোং চেৎনা মেঙ্সিন্দুনা
মীৎ চেৎনা উইশিন্দুনা খা চীক্লা খাঙ্ই মহাক্লা
মীচৈ কয়াবু চৈফু কয়াবু।
অহীং ঈচিক্ হুন্‌বদা
ঐখোয়্ পূন্নমক্লা তূন্নখ্রবদা
হীক্লা হীক্লা কপ্পী মহাক্লা
মখোঙ্ মখূৎ তিংথোক্তুনা
মথন্তা মুরুম্ মুরুম্ শোঐঞ্জে
“ঐবু অসুম্না তৌরম্বরা
নখোয়্বু অসুম্না ওইরম্বরা?
লুখ্রাবী ওইরবসু শামু লোইবী ওইরম্মী ঐহাক্
নখোয়্বু চাউনবা য়োক্লক্পনি
অব্রাৎপা মশক্ খঙ্হন্দনা।
নখোয়্না পাঙ্গল্ চাউরক্লগা
পীরিবা মহৈদি অসিরা?
কনানা ওইহন্‌বনো ফীভম্সিবু?
হংনৌ নখোয় নশেন্ ওন্সিন্নদুনা
নশা নথন্তদা হংজৌ পূক্লিং চঙ্না
কনানা ওইহন্‌বনো শক্তম্সিবু?”

*১১।৪।২০০১*
*তেরা।*

## মৈরায়রক্লবা খাংপোক্শঙ্
### (জুন ১৮ গী থৌদোক্তা ইখিবা)

থাবল্গী ঈথক্তা চাম্থোক্লম্মী
নামিবা নুংশিৎনা নাউশুল্লম্মী
মতম্ অমদা ঐখোয়গী খাংপোক্ ।
ঙসিদি কূপ্শিল্লক্নে মৈখু মপৈনা
মমাবু নুংশিবগী মাইখুম্ ঊপ্তুনা
তৌশিন্নবা পি শিন্থদুনা
মশাগী য়ুম্ফম্ ৱাংনা থোনগৎলিবা
মশাগী অকোয়বদা লৈবা মচীন্-মনাওশিংবুনা
ঈশিংলক্তা ঈরাক্লহল্লিবা
কাঙ্লুপ্ খূদিংমক্কী লুচিংবা কয়ানা
চৃখৎপা মৈরীক্শিংনা মৈজাও ওন্দুনা
চাক্খৎলক্নে ঙসিদি ঐখোয়গী খাংপোক্সে ।
মীনা লাক্চবা য়াদ্রবা ঈ খেগৎলক্লিবা
নুপামচা নুপীমচাশিংনা
মমাঙ্দগী চাক্লুক্ শৎখ্রবদা
মকোক্থক্তা অমাংবা হৈথরক্লবদা
ঈ মশেল্ য়েংথীনবগী খুদোংচাবা লৌবা
য়েক্লবশিংনা
খোয়্শাউনরদুনা তাইনফম্ লৈত্রদুনা

মপূম্ থীৎপমখৈ কপ্লন্নগা
মশাগী ময়ূম্ মৈ থাজরক্লে
মদুনসু পেন্দ্রদুনা চাক্লিবা মৈনূংদা চোংশিন্দুনা
মশাবু তুম্না চাক্হল্লক্লে।
ইমা! পলেম্ অপোক্পী
তাইবঙপান্দা লৈরিবা করম্বা মচানা
মমাবু নুংশিদবা য়াওবগে?
নচাশিংগী শিংলীদা চেল্লিবা ঈ নহাক্কী ঈনি।
নহাক্কী মিনুংশি ঈথক্ ঈপোন্নক্তা ঐখোয়্না
লৈরাংগুম্ শাৎচবনি।
নচাশিংনা শক্লিবা ঈশৈ শারিবা জগোয়্
য়েক্লিবা লাই খূদিংমক্ নহাক্কীদমক্তি।
শিছরিবা মীৎলুগী পিরিক্শিংসিদা
নঙবু নুংশিবগী শৈরেংসু য়াওরিবনি ইমা
অদুনা ঙক্ই ঐদি
নঙবু মাঙতাক্লবা শীল্লিবা, নঙবু মিংচৎ থীহন্নবা
হোৎনরিবা মখোয়্সে
(নহাক্কী নচা নত্তে হায়্বদি য়াররোই)।
থীনা থীনা চৈনীংই মখোয়্বু
খ্বাইদগী পঙলবা
খ্বাইদগী হেন্না তোল্লবা
তুকচ্চরবা তীন্শিং অসিবু
করম্বা নহাক্কী নচানো?
মখোয়্ননি নঙবু ফীজোল্ থোক্হল্লিবা
মখোয়্ননি নঙবু হিংনা মৈ থারিবা।
য়েক্লবশিংগীদি অরায়্বনি
মসিনিনে য়াম্না লুরিবদি ইমা।

*২২ / ৬ / ২০০১*
*তেরা।*

## অমুবা শাটিন্ অদুগা মীশিং

অতিয়াদা পাইহরি অমুবা শাটিনশিং
নোংলৈ নুংশিংকী লম্বীদা
লম্বী চৎপশিংগী মখূত্তগী নাহোক্‌খিদুনা
ইথা থাজদনা, শেন্নহৌদদুনা।
অমুবা শাটিন্‌শিংগী মচুনা

*য়েন্নীংথা নঙনা খোঙ্‌দোই হুল্লকপসিদা/১০২*

অসুম্ অসুম্ শন্দোক্খি অতিয়াদা
নুমিৎ মঙাল্ খঞ্জিল্লদুনা
অদুগা শংবান্নবা অতিয়াগী
থা থবান্মিচাক্কী শক্তম্বু খঞ্জিল্লদুনা।
লম্বী চৎপশিংনা হংনৈ
অসুম্ অসুম্ উশিল্লক্রবদা
অশংবা অতিয়াগী মচেৎশিংবু
অমগা অমগা ওন্সিন্নদুনা
য়াম্না ঈখৌ লাংননা
কৈদৌঙৈ অমুক্ শংবান্নরক্কনি
ঐখোয়্গী অতিয়াগী মচু
অদুগা অঙৌবা উরোক্কী পরেংশিং
করম্বা মীৎকুপ্তা উজবা ফংলক্কনি
ঐখোয়্গী শংবান্নবা অতিয়াগী ফীজং মখাদা ?
করম্বা মীৎকুপ্তা উজবা ফংগনি ঐখোয়্না
নোংজাবী, লৈচীল্, নোং, নোংথাংগী শাথেক্ ?
অদুবু কৈসু নাচুংবীদে সাটিন্শিংদি
অসুম্ অসুম্ শন্দোক্লবা হোৎনরক্ই
ঙম্খৈ নাইদ্রবা অতিয়াবু
মখোয়্গী অমুবা মচুগী ঈথক্লা
মাইথীবা পীগে হায়্না।
লাঙ্তক্কর মীশিংসু য়েংলি ঈখৌ লাংনা
আশা কয়াবু থাগোঞ্জদুনা
শংবান্নবা অতিয়াগী মচুগী
কৌরৌ মশেক্ মঙাল্গী
মহৌশাগী লেঙ্দ্রবা শক্তম্গী।

*২৬ / ৩ / ২০০১*
*তেরা।*

# মরূপ্

মরূপ্, নঙ্গী মীৎকী পিদা ঐগীসু শরূক্ য়াওব্রা ?
ঐগী খোয়্রুম্ মীনোক্তা
নঙ্গী মোমোন্ মীনোকসু য়াওব্রা ?
ঐ মসিমদি হায়্দবা ঙম্লোই
লংজিন্ পূনখ্রবা কিশি ওইরবসু
ঐ মসিমদি হায়্দবা ঙম্লোই
নঙ্দি ঐগী মরূপ্নি
মিল্লেনিয়ম্ কয়াগী থোঙ্জিন্দা চৎমিন্নরিবা।
হায়্নীংবা অমসু লৈরি—
য়েংউ, ঐখোয়্গী মাঙ্দা লেপ্লি মহৌশা
মপোক্ লাংওল্ কয়াগী পাউখোং চল্লদুনা।
মহাক্কি অচুম্বা, মহাক্কি আশা, ঐখোয়্গী মঙ্লান্।
মহৌশাগী শক্তম্বু অমুক্কা হেন্না মপূং ফাহন্বদি
নঙ্ লৈরম্বা অসিনি ঐগী মীৎমাঙ্দা
য়াম্না নক্লনা ঐগী নাক্তা।
অৱাবা অমুবা অহীংগী
নোংলৈ নুংশিৎকী নোংজু কয়াগী
অওৎ অনৈদা তাখিদ্রবসু তাইবঙ্গী শনম্ মিনম্
নোংজুলক্তা, নোংখাক্লক্তা
লেপ্খি ঐখোয়্ অনী
অমগা অমগা শক্উনদ্রবসু অমম্বা মরক্তা

খূৎ চেৎনা পায়শিন্নদুনা
অনৌবা অয়ুক্ অমগী আশাদা।
(মরম্দি শক্লোন্ পুবীনি মহৌশা)
পঙ্ছন্খ্রবসু ঐখোয়্গী নাকোংশিং
অকন্বা নোংখোংনা
লেল্লক্খি ঐখোয় অমগা অমগা
চেজেৎ কোন্সিন্নদুনা
মথংগী নুমিদাংব়াইরম্দা
অঙাঙবা নোংজাবীগী মশাইকোন্দা
চেক্লাশিংগী নুংশি ঈশৈবু
নৌহৌনা অমুক্ তাবা ফংগনি নীংজদুনা।
অহীং অমগী মথং অহীং অমা
অমম্বগী ফীজংনা মথং মথং
খন্খ্রবসু অতিয়া
থা থব়ান্মিচাক্কী মমি মূৎখ্রবসু
মসিমদি ফাওরি থম্মোয়্দা
নঙ্ লৈরি ঐগী নাক্তা
খূৎশম্নরি খূৎপাই চেৎনা
মসিখক্তনি ঐনা পাম্জবা।
মথংগী অয়ুক্তা, মথংগী থাবল্দা
অমুবা অমম্বা অহীংগী
ফীজংশিংসিগী ব়াংমদা
শোয়্দনা উগনি ঐনা নঙবু
নঙনা ঐবু তশেং তশেংনা।
মসিমদি হন্নয়বা ঙম্মী, মরম্দি নঙ্ লৈরি ঐগী নাক্তা,
নঙগী খোঞ্জেল্ তারি
নঙগী নুংশাম্বর্গী সহুম্ ফংলি।

*২৭/৩/২০০০*
*তেরা।*

## শটাব্দীগী ঈশৈ

কুইখ্রে মতম্দো নীংশিংবা থোক্তনা কুইখ্রে
মুশি মুশিরক্লে খোঙ্গুল্শিংদো
ঐখোয়্গীদমক্ লময়ান্বীরম্বা,
অচীক্পা থাবল্দা শিঙ্গরম্বা পিরাংদো
ঐখোয়্গীদমক্ কপ্পীরম্বদো ।
কয়াম্ কুইনা অনম্ অহা চুখিনি ঐখোয়্
অসুম্ অসুম্ হেঞ্জিল্লক্লবদা
তম্নলাইশিংগী অমদি ভুটকী লাল্ওংনা ?
ইমাঙ্দগী চাক্লুক্ শংখ্রবনি
ইখজাইদা খুৎপাক্লা থারক্লবনি
লৈনুংদা তংখায় ফুম্জিল্লক্লবনি খাঙ্ ফাওবা

অশিফাওবদা মঙ্ তম্নদুনা লৈখিদ্রা ঐখোয়্বো ?
নত্তে, ঐখোয়্দি লাল্হৌবনি
সটাব্দীগী অনৌবা য়াকাইরোল্গী
ঈশৈ শক্পনি।
য়েংউ শরেপ্ ফারক্কে ঙসিদি
ঐখোয়্গী পান্বোমশিংশে।
অমগা অমগা থাজনদুনা
পান্বোম্শিংসি লোন্সিন্নদুনা
থৎলগদবনি ঈচেল্শিংসে
মাইকৈ খূদিংদগী লান্দারক্পা।
মূত্থৎলগদবনি মৈজাওশিংসু
ঐখোয়্গী পুন্সিবু তেম্শীংনরক্পা।
হাংদোক্কুনা লৈরিবা চেনা অসে
কনানা ইবিবদা মপূং ফারোই
ঐখোয়্গী পুন্সিগী ইতিহাস্
ঐখোয়্গী লেঙ্দ্রবা শক্তম্
য়েক্কদবদি ঐখোয়্গী খূৎশিংসিনি
সুপ্নগী ঐখোয়্গী পান্বোম্শিংসিনি।
য়েংউ ঐখোয়্গী কোক্থক্তা থোক্লি
অরংবা নুমিৎ লৈচীল্ ফীরুক্ খুম্দুনা
লৈরাংশিং শেম্ শারি
তনৌবী লৈকাশিং হাইদোক্কে হায়্না।
মীৎকুপ্ খরগী তুংদদি চাইথোরক্কনি কোরৌ মশেক্লা
মাইকৈ শলাই খঙ্দনা।
সুম্মৎপী লৈশিংগী লৈনম্না
মাইকৈ মরিদা লাংথাক্কনি
ঐখোয়্না করিগী লাঙ্তক্কক্কনি।

*৮ । ১০ । ২০০১*
*নাগা মপাল্ বস্ ষ্টেণ্ড ।*

# অয়েক্‌পা শক্তম্‌

চক্‌ কয়াদগী হৌনা
নঙনা ঐগী শক্তম্‌ কয়া য়েক্কুনা লাক্কি ঙসিফাওবদসু।
শক্তম্‌শিংদু য়েংদুনতা লাক্কি ঐনা
তুমিন্না হোয়্‌ মাই হায়্‌দনা।
ঙসিদি তুমিন্‌ লৈথোক্‌পা ঙম্‌দ্রে ঐহাক্‌
নঙনা অমুক্‌ নৌহৌননা লীক্লিগী শক্তম্‌ ওইনা য়েক্লক্লবসিদা
নত্তে ঐদি শীৎ নান্না তক্‌থোক্‌ নাহোক্কুনা থল্লিমখৈ
ফজবা, কায়্‌গন্‌বা
কায়্‌রগনা অতোপ্পগী মখোঙ্‌দা
য়ূগন্‌বা, চৈনা পীগন্‌বা লীক্লি।
ওইদবনি অরেম্বনি নঙগী থৌরাং
করম্না নঙনা ঐবু খঙগনি নশামক্লা
নশাবু ফাওবা খঙদ্রবদা।
ঐগী শক্তম্‌ য়েক্কদবগী শরূক্‌
নশাগী শক্তম্‌ য়েক্লবদি উগনি নঙনা ঐবু
তশেং তশেং নঙগী অয়েক্‌পা শক্তম্‌গী মীৎনহাগী
ময়ায়্‌মক্তদা
নঙ অমদি ঐ অমুক্‌ হন্না খাইদোক্লবা য়াররোইদবা
মপূম্‌ ওইবা শক্তম্‌দা।
ঐগী ইফম্‌দা পীরিবা চৈনা খূদিংমক্‌
নঙগীসুনি।
ইথক্তা হৈথরিবা অথীবা অমোৎপা খূদিংমক্‌
নঙগীসু শরূক্‌ য়াওরিবনি।

*১৩/৩/২০০২*
*তেরা।*

# অপীক্পা অঙাংশিংগী মশান্না

অপীক্পা অঙাং খরনা চেন্সিন্নরি
মৈশা মৃখদ্রিবা তোর্বানগী মোংফম্থক্তা
মখোয়্গী নৌরবা খোঙ্উপ্ তোংদ্রবা
মখোঙ্শিংনা নেৎ নেৎত্তুনা ।
মখোয়্গী ঈশিং হাল্লবা হুদোক্লবা
খৃয়াশিংদগী তাহৌবা ঈখেংশিংনা
মৃখৎকে হায়্না তেম্শীংহৌরি
অচাক্পা মোংফম্গী মৈশা পূম্নমক্ ।
মাঙ্দা তাম্না শান্দোক্খি্র ফাইরেন্থাগী লৌবুক্লা
হংগাম্ মপাল্গী ফীজোল্ হোংলবা
মচু মচুগী কুরাক্শিংনা
অমাং কোয়্রৈ শান্নরদুনা
নাপু মচুগী ঈথক্তা ।
অপীক্পা অঙাং খৃদিংনা চেন্সিন্নরি লাঙ্তক্লনা
মখল্ মখল্গী মশান্না শান্নবা
চৈনা খৃদিং নাচুংদনা তিংখং তুম্বৌ কয়াগী ।
মাঙ্দা তাম্না শন্দোক্লিবা লৌবুক্তা
নীংতম্না পাইরিবা কুরাক্শিংগুম্
অমাং কোইরৈ শান্নবা
কেকু লোৎপী শান্নবা
লৌরীশিং থুগাইনবা
হংগাম্ মপাল্গী লৌবুক্পু শিংকৃপ্ শানা নৈখায়্নবা
অমগা অমগা মান্নদে অপীক্পা অঙাংশিংগী মশান্না ।

২৬ / ৩ / ২০০২

*তেরা ।*

# ইপিষ্টল্

মরূপ্, কম্দৌরি ? নুংঙাইহরিবরা ৱারিবরা ?
নোক্লিবরা নৎত্রগা কপ্লিবরা ?
খুল্লক্পা য়াই নুংঙাইহরি হায়না মদুমক্ অচূম্বদি নৎত্রবা।
ঐনা খল্লী কপ্লম্গনি নঙ্সু ঐগুম্ পি শিছ
পূক্লিং নুংশিনা।
করিগুম্বা মীৎকুপ্তুনা ফূক্ ফূক্ হৌগৎলম্গনি নহাক্
শাউরদুনা পাম্বোম্ গৃ গৃ তিংথোক্লদুনা
মীওইববু অসুক্ তোন্না হিংনব্রা।
করিগুম্বা মীৎকুপ্তুনা ফল্লম্গনি নহাক্ ফুম্বংননা
কনানা কনাবুসু থাজনীংঙাই লৈত্রবা ফীভম্সে উরগা।
ৱাহং কয়াসু হংজরম্গনি নথন্তা
পাউখুম্ কয়াসু খুম্জরম্গনি তুমিন্না।
অসিনি অসিনি ঐনা হায়্নীংলিবা।
নীংশিংলিব্রা নঙ্ ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি
পুন্সিগী ৱারী কয়া, মঙাল্ মশেক্লা থন্খিবা।
কেকু ফোঙ্লরি অমুক্ 'মুক্ নৌহৌননা
ঐগী থম্মোয় কাচিন্দা।
মুশি মুশিহৌরবা খোঙ্গুল্শিং
তুরেল্ তোর্ব্বানগী লৈঙোইগী ফূরা
অঙাঙ্বা নোংজাবীগী ঈথক্ হৌরবা
নুমিদাংৱাইরম্গী লম্পাক্তা

থরো থম্বাল্ থারিক্থাগী ঈথক্ হৌরবা পাৎপান্দা
লোইশিন্বা নংহৌদা চাইথোক্খ্রবা ৱারীশিং নীংশিংলি ঐদি ঙসিসু।
মতম্দুদা ঐখোয়্নি অমগা অমগা কয়াদা থাজনখি
কয়াদা ওইননখি অদুগা কয়াদা ৱারৌনখি।
ঙসিদি তৌরিবসিনি
শক্ফম্ ওল্লক্লে অতিয়াসু মালেম্সু
চীং, পাৎ, তুরেল্ পূম্নমক্সু।
মতম্গী চৈথেংনা থুগাইরক্লে পূম্নমক্
সুপ্নগী নীংশিংবগী মমি শামিবা শক্তম্তমক্ ঙায়্হৌরে
ঐগী থম্মোয় লাইয়ুম্দা য়েক্লিবা।
চিঠিসে ঐনা ইনিংনা ইরি ঙসিদি নফম্দা
করিগীনো ? করিগীনো নহাক্ হায়্বা ঙম্বরা ?
ঐনা খঙ্নীংলি
অদুঙৈগী নঙ্গী থৌনাশিংদো
মীওইবগী মতৌশিংদো
ঙসিসু অদুম্মক্ হোংদ্রিবরা ?
ঐদি তৌরিবসিনি করিবু হায়রুনি
নঙ্না ঐবু উরবদি চীন্ পেন্না চৈনীংবা য়াই
পাঙ্দবনি হায়্না, মীথিবোং মিতম্বাল্নি হায়্না
অদুবু ঙসিদি তারগে খূদিংমক্তো নাচুংদনা।
থৌনাফবশিংগী ৱারীবু কনানা নীংশিংবীবগে ?
মীওইবগী থম্মোয়্গী ৱারীবু কনানা শীংথাবীবগে ?
নঙ্সু তারি, থেংনরি, থৌনা ফবশিংগী ৱারীদি
অপীক্পা অঙাংগী কোক্তদনি, থম্মোয়্দদনি
অদুগা মখোয়্গী টেক্সবুক্তদনি
মকা লাম্না শাৎকাইরিবা।
পীল্লবা ঐখোয়্গী লৈবাক্কী, খুন্নাইগী
মী খূজোক্ খরসিগী ৱারী তোক্খিসি

পাক্‌চাউরবা মালেম্‌গী লৈমায়্‌দা য়েংসি
মীওইবা মীওইবা মীওইবা।
করিবু খেন্নবগে মীওইবা ?
মখোয়্‌গী মরম্‌চৎশিংসি য়েংসি
হিটলর ঙাক্তা, টেরোরিষ্ট ঙাক্তা, হিংচাবা ঙাক্তা
ঐখোয়্‌গী পীক্লবা ইরম্‌দম্‌সিদসু
করিবু খেন্নবগে মীওইবা ?
মীওইবগী ৱারী থম্মোয়্‌গী ৱারীদি
কায়্‌গন্‌বা লৈঙোইগী ফুরা ওইরক্লবনি
তুরেল্‌ তোর্ব্বান্দা ঐখোয়্‌না নোংমা শাখিবা।
ঐদি মীচম্লি কৈসু নত্তবা
শক্তি লৈবশিংনা খূর্জী পায়্‌রিবা
ঐগী পুন্সিগী ইতিহাস্‌ মূত্থৎনীংবা মতম্‌দা
হেক্তমক্‌ মূত্থৎপা য়ারবা
অদুবু ঐগীসু নাপল্‌দি লৈরি
মীওইবা অমনি হায়্‌বগী থম্মোয়্‌ অমগী
মপুনি হায়্‌বগী
অদুনবু ইরি শৈরেং ঐগুম্বা কয়াগী,
শক্তি পাম্বা কয়াগী, হিংচাবা কয়াগী।
ঐসু খঙ্‌ই করিগীনো গান্ধীবু নাথুরাম্‌ গোদ্‌সেনা, লিংকন্‌বু বুথ্‌না
কিংলুথরবু আর্ল রেনা হাৎখ্রিবা
য়াম্না তম্‌থীনা শা হাৎপগুম্না।
অসিদা নত্তনা অচৌবা রাজনিতিগী মীহাৎ কয়া
মালেম্‌সিদা থোক্লিবা
করিগীনো মসিবু করিগীনো ?
অদুগা যীষু, মীওইববু থম্মোয়্‌ শেংনা নুংশিজবা যীষুবু
ক্রোস্‌ মথক্তা পাং তিংখ্রিবা
মদুনসু পেন্দ্রদুনা থবাক্তা তানা থিন্‌খ্রিবা

কনাননো ?
মহাক্না নুংশিজখিবা মীওইবা হায়বদুনা নত্তরা ?
কেল্ভরি চীংথক্তি খঙ্হৌরি ।
অদুগা তেরেসা, তেরেসা, তেরেসা
কোল্কতাগী মোৎলবা লম্বীদা
নোংজুগী নুমিৎ অমদা তাদুনা লৈরম্বী অনাবী অমা
মশাদা ককচেং অকৃপ্পী ময়াম্না য়োম্শীল্লবা
কনা লৈজদ্রবী তোল্লবী অদুগী
মীনোক্তুদা ঙাওজখি তেরেসা ।
অদুবু
মহাক্কী অশেংবা লৈফম্সু অপীক্পা অঙাংশিংগী
থম্মোয়্দতনি মখোয়্গী টেক্সবুক্তদনি, মকা লাম্না শাৎকায়্রিবা
মরূপ্ অসিনি ঐনা নফম্দা তম্মিংলিবা পাউ হায়ববু ।
মীওইবগী মফম্দা অমগা অমগা পাউ ফাওনদ্রিবা ।
অদুবু ফনা হায়্দুনসু মীওইবদি হিংলি ঙসিসু
মতম্গী ঈথক্ ঈপোম্না মূথৎলক্লবসু খোঙ্গুল্শিং
অকংবা উপাল্শিং চন্নদনা মাঙ্খ্রবসু
চাইদুনা লৈরি মরূশিংদি মালেম্দা ।
কুম্গী নোংজুনা য়ৈবদা
মতোন্ চোংলক্খিগনি মাঙ্বা নাইদনা
কংলবা উপাল্গী উহৈশিং ।
নৌহৌননা তেম্শীংনরক্খিগনি
ৱাং চাউরবা শম্বল্শিংগা ।
আশাসিদা হিংলি মীওইবনা
মিল্লেনিয়ম্ কয়াগী থোঙ্জিন্দা চঙ্শিল্লি লেপ্তুনা
নম্নো কয়া পুদুনসু মনম্দা ।

*১ / ৪ / ২০০২*
*তেরা ।*

# কবি আঁর্ কে মধুবীর্গী মফম্দা

বীজয় গোবিন্দগী থাঙ্গপাৎ মপান্গী নাশিক্ মখোঙ্দা
ঊংজা পুদুনা ফম্লম্বা
লম্বী অচৎ অওক্তা ঐবু উবদা
খূৎ থাংগত্তুনা কৌরক্পা
মতুংসিদা অমুক্ উবা ফংলরোই।
সাহিত্যগী থৌরম কয়াদসু
নুপাথোক্পা শক্তম্, নুপা থোক্পা থম্মোয় থেংনররোই।
নঙনা মফম্ অমা কল্লম্বা ইমাগী তম্পাক্সিসু
হাঙহৌরে ঙসিদি নঙ চৎখ্রবা মতুংসিদা।
অঙন্বা অয়ুক্সিদা পাইবি অমংবা নোংনা
অতিয়াদা নুমিৎকী মশেক্ খঞ্জিল্লদুনা
থুক্কৎলে থম্মোয় খূদিং নরোয় ননাওশিংগী
নঙ কায়নবগী পিগী ঈচাউনা।
নঙদি কবিনি, অশেংবা কলাকার্নি।
নঙ অমা মাঙজবা ইমাগী অচৌবা অমাঙবনি।
নঙনা করেম্নখি, চৈ থাংখি
অমুক্সু থম্মোয় শোক্লা কপ্খি
কায়থরক্কবা নরম্দম্গী শক্তম্
মীয়ামগী পুন্সি উরগা।
মীওইবগী হাম্চৎনরবা, মপূং ফাদ্রবা
অমোৎপা লম্চৎ উরগা
নতিন্ থুই থুই শীত্তুনা চৈখি
'চরুগী মী' হায়না।
অপুম্বা খুন্নাই, ফি শেত্তবা লম্বেল্
মশাগী শদোং ফক্ ফক্তুনা চাবা
মশাগী মমিং থোন্দ্রিবা শাশিংগী মরম্দা

করি পাউজেল পীগদগে হায়না
থম্মোয়নুংদা নুংনাংজখি।
তম্থীবা শাদান্বশিংনা লেপ্তুনা কাপ্শিল্লক্লবদা
হূগী তেন্ কৈ মচা ওইরবোই নীংদুনা
চম্জরবা শা উচেক্কী মথক্তা
মখোয়্গী অৱা নাহেখোল্লক্তা
থম্মোয় শোক্লা লাউরম্মী নহাক্লা
"হাক্মল্লেনে কৈদৌবগে শাদান্বা নখোয়বো
লেপ্খো কাপ্পদো মীৎকুপ্ খরদং হূগী তেন্।"
থেঙ্লবা মল্লবা অহীংদা
প্রলয়গী মৈথূনা কূপ্শিল্লক্লবদা
ৱাকৎচরম্মী নহাক্লা অচম্বা মৈরা অমত্তং পীবীনবা
ইমাগী মফম্দা মহাক্কী মাইথোংবু উজনবা।
অচুম্বা অফবনা মাঙ্খ্রবদা
তাৎকী লৌনম্গী ঈচাউনা থূম্গৎলক্লবদা
লেপ্খি নঙ্না—
"চৎলগে ঐ মফম্সিদগী লাপ্না
কৈদনো মফম্ অমদা
মরুভূমীদগী হেন্না শারেনে লৈমায়সে
খোঙ্য়াশিংসে ঐগী পোক্থোক্লে ঙম্না
অদুবু লেপ্পদি লেপ্লীংদে ঐ
য়াম্না থুনা লাপ্থোকখিনবা মফম্সি।"
নঙ্না অমুক্ হায়খি,
শোয়্দনা কায়নরগনি ইবানি
তল্লবা ঙচিগী নুমিদাংরাইরম্সিদা
অদুনা ওইবা তাই পুন্সি
ঐনা নহাক্পু ঙসি
অসুক্ নুংশিরক্লিবা।
অসুক্ পাম্মুরক্লিবা।

"থেঙ্‌লবা অহীংগী অচীক্‌পদা
য়াম্না মিরবা খোঞ্জেল্‌দা
অশিবনা ঈশৈ শক্লক্‌ই অরাপ্পদগী
ঈশৈ শক্লক্‌ই অশিবনা
টেবল্‌ মথক্কী রেদিওদা।
উম্‌,
মীকৃপ্‌ অসিতনি ঐনা কুইনদগী ঙাইরক্‌পা
কুইনদগী ঙাইরক্‌পা মীকৃপ্‌ অসিদা।"
অসুম্না নহাক্না চপ্‌ লেপ্‌খি পুন্সিগী নুংশা শ্বর।
পুন্সিবু নঙ্‌দি করিসু চোক্‌শিন্‌খিদে।
মহাক্কীদমক্‌ করিসু নুংনাংবা লৈখিদে
অদুননি নঙনা ঙসি ঙস্তা চৎখ্রিবা
মরূপ্‌ মপাং পূম্নমক্‌পু থাদোক্লম্‌দুনা
মচা কায়্‌নরবী, নহাক্কী আশাদা হিংজরিবী
নহাক্কী লোয়্‌নবী অমদি
শারেপ্‌ ফাদ্রিবা নচাশিংবু থাদোক্কুনা।
য়াম্লুং,
ঙসিদি মীৎকী পিসে থিংবা ঙম্‌দ্রে
নঙগী অচম্বা থম্মোয়্‌না
মীচঙ্‌ মীথায়্‌ নাইদবা লম্‌চৎনা
অত্তোপ্পগী য়াইফনবা
খন্‌খিবা নত্তৌদুনা
ঐগী থম্মোয়্‌বু খূদুম্‌ চল্লম্লে।
চুবিবা নোংসে ইমাগী পিরাংনি
থম্মোয়্‌ শেংলবা মমা নীংবা মচা অমা
কায়্‌নবগী মৈচাক্লি।
হিংলিঙৈ পোথাবা ফংখিদ্রবা নঙগী থৱায়্‌না
মপুগী লৈকোল্‌দা ঈংনা চীক্লা পোথাবা ওইসনু।

লেন্দ মাইন্

পুন্সিদা অহান্‌বা মমিং হেক্ পাঙ্‌থোরক্‌পা
মীৎকুপ্পুদগী হৌরদুনা নূংথংগী চৈফূ

*য়েন্নীংথা নঙ্গনা খোঙ্‌দোই হুল্লকপসিদা / ১১৭*

খাঙ্‌দুনতা লাক্লবা নূংকুপ্‌শিংনা
অমুক্‌ খাঙ্‌বা ঙম্লক্তদুনা
লৈজবা মথৌনা পূম্নমক্‌ খোম্‌জিঞ্জরগা
মখোঙ্‌ মখূৎ তিংথোক্তুনা হৌগৎচরক্‌ই ।
মখোয়্‌না কোয়চৎ চৎলক্‌ই মালেম্‌গী চিথেক্‌ কোঞ্জিন্দা ।
মখোয়্‌ মশেন্‌ চূংশিন্নরক্‌ই
য়াম্না নুংশিননা শরি পন্দোল্‌ লোম্নরক্‌ই
মখোয়্‌গী মথক্তা লেপ্তুনা হাইথরক্লিবা
নূংথংশিং অদো অদুগা নূংথং পায়্‌বা খূৎশিং অদো
শিংকুপ্‌ শানা মাঙ্‌হন্‌শি হায়্‌না ।
মখোয়্‌না ফুম্‌জিল্লক্‌ই শক্তি লৈরবা লেন্দ মাইন্‌শিং
পৃথিবী অসিগী থবাক্তা
অদুগা অমমম্‌তা পোক্‌খায়্‌হল্লক্‌ই লেন্দ মাইনশিং অদুবু
রিমোট কন্ত্রোল্‌ শীজিন্নরদুনা ।
অদুবু নূংথং পায়্‌বা খূৎশিং অদুদি লোৎখি
কুয়োম্‌ কয়ানা য়োম্‌শীল্লবা, মশক্‌ ওঙ্হোক্‌ ওঙ্সিন্‌ তৌরবা
রিত্রো ভাইবস্‌শিংনা
মখোয়্‌গী মাইয়োক্তা থারক্‌পা
হীদাক্‌শিংগী মফম্‌দা তৌবগুম্‌ ।
লেপ্তুনা পোক্‌খায়্‌হল্লক্লিবা বোম্‌শিং অদুনা
মাঙ্‌হল্লক্‌ই পৃথিবীগী লৈরোল্‌ কয়াবু
লৈহাও অমদি খোনি কয়াবু ।
হৈপাল্‌ লৈপাল্‌ কয়াবু শিংকুপ্‌ শানা মাঙ্‌হল্লক্‌ই ।
চম্‌জরবা মরাল্‌ লৈজদ্রবা শা উচেক্‌ কয়াগী
মীওইবা কয়াগী তেংথা নাওই খোঞ্জেল্‌তনা নিল্লক্‌ই
মালেম্‌গী লৈমাইথক্‌সিদা ।

*১৫ / ৫ / ২০০১*
*তেরা ।*

# খোঙ্‌গুল্লক্কা

কল্লাক্ কূরূ শুংলবা হনুমালৈ কারবদগী চিংনা
খুন্নাইসিগী য়াংলেন্ শরূ ওইরিবা
মথোৎ কাখৎলক্লিবা নহাশিং য়াওনা
খূদিংমক্কা হায়্—
"নুপী হায়্বসিদি ইমানি।
ঐগী লোয়্নবী নত্তনা নুপী পূম্নমক্ ইচন্নি ইচেনি।"
অদুবু নৌনা মপুরোইবা শেৎনরবী
কনানা মংগারক্পা মীৎকুপ্তা মরূ অমা হুন্‌খি
লোন্না কনা খঙহন্দনা মখোয়্গী থম্মোয়্দা
নৌজরিবী অদুগী লৈরাংগী লৈকাশিং
শেগায়্দুনা শান্ননীংবগী
লৈনাশিং খোঙ্‌গুল্লক্কা চাইখাইদুনা শান্ননীংবগী।
মপাং শেৎনরবী কয়ানা পূক্লিংগী পোত্থাফম্ উরুম্ থিজরকপদা
লৌনম্ চাউবশিংনা লম্জীংবীখি মখোয়্বু
লুখাক্ কোম্ তান্না।
মখোয়্না খজিক্তং মকোক্ হাইগৎচরক্পদা
মতেং অমগী-মখূৎ তিংথোক্চরক্পদা
পাংগল্লবা পাংগল্লবীশিংনা খোঙ্‌পাক্লা অমুকসু কাওথবিখি
মিনুংশি মরীক্ পক্তনা।

*১৪।৯।২০০২*
*টি বি হোস্পিটাল্।*

## ঙা

ঙাশিংনা কোয়্চৎ চৎলি
অচৌবা ঈশিং ঈরেল্ থাদোক্লুনা
কংফাল্দা, সহরগী লৈরক্ লৈরক্তা
খুংগংগী চিথেক্ কোঞ্জিল্শিংদা।

নালাশিংদা চোংথ চোংথদুনা
ঈরুপ্পী ঈরোইবা শান্নে মখোয়্না।
অসুম্না চহী কয়া কয়া হৌখ্রবা মতুংসিদা
হোংলক্লে মখোয়্গী তঙৌ তঙৌবা মিতানিংঙাই ওইরবা শক্তম্শিং
অদুগা মখোয় মশানসু কাউজরক্লে
মখোয়্গী সুম্হাৎলবা শক্তম্শিং
অরাবা ঈশিং ঈরেল্গী ৱারী
মমৈ থেক থেক্ হাইরদুনা
মশাইগুপ্পা খপ্ল খপ্লদুনা
নুংঙাইনা ঈরোইবী শান্নখিবা
ঈরুপ্পী শান্নখিবা কয়া।
অশংবা অতিয়াগী মখাদা
পাক্লবা ঈপাক্তা মখোয়্না হাইনা হুম্না শান্নজবা
অনৌবা হুপ্নৌ হানৌলক্তা
চরাংলক্তা কেকুলোৎপী শান্নখিবা
নীংতম্লবা পুন্সিদুনা মখোয়্বু নাথৈবীরম্বা কুইরে।
মখোয়্না হৌজিক্ খঙ্লিবদি সহরগী অমোৎপা
নম্থীবা নুংশা শ্বরনি
করাম্ চাউবা লম্ হৌদোংশিংগী শরাক্লি।
মতম্ অমা মখোয়্না থাদোক্লীংদা থাদোক্লীংদা থাদোক্লমখি
লূরবা লাইজ ঈপাক্পু অসুম্ অসুম্ কংশিল্লক্লবদা
শ্বর হোনফম্ লৈরক্ত্রবদা।
মমিৎকী পি শিঙ্দুনা কায়্না ৱাহে পীজরম্মী
নীংতম্বা অশেংবা পুন্সিবু
কনানসু খঙবীখিদে
লোষ্লোক্তবা অতিয়া নত্তনা।

*২৪ / ১২ / ২০০২*
*জীপ্ পার্কিং সলাম্ লৈকাই।*

## নঙনা কেকু লোৎখ্রবদা

কুইরে উখিদবা নঙবু
অকাওবগী লৈরোন্নুংদা থিফম্ খঙদা
কেকু লোৎখ্রগদ্রা চিংনরক্লে।
ব্রাকচিংগী লৈকোল্দা গুলাব্না নোক্পা উরগা
ঈয়াইগী থরোনা থাজবু ঙাইজবা উরগা
নীংশিংই
নঙবু তোয়্না
ঐগী থম্মোয় কোন্গী কোম্বীরৈ।
মতম্গী নোংলৈ নুংশিৎনা, অকন্বা নোংজুনা
নাথৈবীখ্রবসু নঙগী হীগোক্ মচুগী ঈথক্শিং
কেকু ফোঙলরি নৌহৌনা ঐগী থম্মোয় লৈকোন্দা।
শজিবু থানা লাক্পদা কুশুন্নে চিগোংলৈগী মনম্লক্তা
থিরি ঐনা নঙবু।
অকাউবগী ফীজং হাইদোক্লুনা নীংশিংই
থোৎলবী লৈকা ঈংলবী লৈনম্বু নুংশিজবী
পাম্মুজবী ঐগী কোম্বীরৈ।

১/৩/২০০৩
*তেরা।*

# ফেমিনিজম্

অপীক্‌পা চীংলৈপাক্কী য়ূম্‌থোং খূদিং
মূনা য়েংলক্‌ই ফেমিনিজম্না

হাংদোক্লবা থোঙ্নাউদা
লোন্সিল্লবা থোঙ্জাউগী শো মখূন্দা।
মচানুপা পোক্পা মমা খূদিংমক্লা হায়্
"নুপাদি তরাগী মপূনি...."
অসুম্না চীংচেপ্ থাজিল্লি
নৌনা য়ূম্ পান্মিন্নরক্লিবশিংগী মরক্তা।
মচাগা মমৌগা চান্ননা নোক্মিন্নবা মীনোক্শিং তারগা
মখোয়্গী থম্মোয়্গী কাচিন্ কাচিন্দা তুমিন্ তুমিন্
পৈশিল্লি শক্তি লৈরবা মোঅব্কী মচাক্শিং
মরাল্ লৈজদ্রবশিংগী মরক্তা নোংমা নৎত্রগা নোংমা
শোয়্দনা পোক্খাইহন্নবা।
নৌনা য়ূম্ পাঞ্জরক্পতা ঙায়্রিবী মৌ অনৌবীগী
ফনেক্ ফৌফম্ লৈতে পীক্লবা ইংখোল্দা।
মফম্ অমদা হেক্ ফৌরুবদা
মপাম্ পন্দুনা চৈবীরক্কনি ইমুংগী মীপূম্ খূদিংমক্লা।
ইমুংদুদা হান্না লৈরম্বা নুপীশিংগীদি মকা লাম্না
ফৌদুনা লৈরি শূমাং মতোন্গী মরোয়্ মথক্তা।
মৌ মশেন্গী মরক্তসু তিংখংনা শম্বল্ খাজিন্বীরি
চপ্ মান্নবা পোৎশক্ অনীবু তোঙান্ তোঙান্
উহন্নবা হোৎনরদুনা
চম্জরবা শক্খঙনদ্রিবা থম্মোয়্শিংনা
করিগুম্বা মফম্ অমত্তদা
অমুক্তসু উন্নবা য়াদনবা।
অসুম্না অপীক্পা চীংলৈপাক্কী য়ূম্থোঙ্ খূদিংদা
য়ূম্বুবীশিংনা শাগৎলি মখোয়্গী ফেমিনিজম্
মখোয়্ মখোয়্গী মখা থাবশিংগী মথক্তা।

*১৫ । ৩ । ২০০৩*
*তেরা।*

# থাঙ্ফম্

থাঙ্ফম্‌তনা য়োন্নবা উপাল্ কয়া লেপ্লি
লৈমাইথক্তা তুরোই ঙাম্লোইননা।
লাক্ই য়েন্নীংথা হন্না হন্না
মখোয়্‌গী পূক্সিদা।
চোংখৎচরক্ই পীক্লবা য়েন্নীং
থাঙ্ফম্‌তনা লৈতেংলবা মখোয়্‌গী মশাদা
অদুবু হেক্তমক্ ককথৎপীখি অনৌবা য়েন্নীংশিং
নুংশি হৈতবা কনানা।
খেন্নবা লৈতে য়েন্নীংথা অদুগা নাকেন্থা মখোয়্‌গী পুক্সিদা।
পাইরক্খিদে মখোয়্‌গী কোক্তোন্ লান্না
চেক্লা চা অমত্তসু য়েন্নীংথাগী ঈশৈ ঙংলদুনা
চঙ্লক্খিদে লম্বীচৎপা অমত্তসু
মখোয়্‌গী মখোঙ্দা
কঞ্জনবা মশাবু কল্ল মৈশা চোক্থরা খোঙ্চত্তগী।
মিনুংশি মরীক্ অমত্তসু খীল্লদে
মখোয়্‌গী মফম্‌দা।
মচীন পৈথোক্লদুনা চৎনখি
লম্বী অচৎ অথোক্শিংনা
মখোয়্‌গী থীরবা মশক্পু হৈনদ্রদুনা।
অদুবু লেপ্লি মখোয়্ কল্ল মৈশা
নোংলৈ নুংশিৎ নোংজু কয়াবু মাইয়োক্লদুনা
নৌর মপাল্ল খোয়থুম্নর উহৈগী মঙ্লান্শিং থাগোঞ্জদুনা
নোংমা শোয়্‌দনা লৈমায়্‌দা তুরগদবা
মীৎকুপ্তুবু কাউথোক্চদুনা।

*৮।৫।২০০৩*
*তেরা।*

# লান্‌ফম্‌

মী অমুক্‌ ওল্‌হন্‌ য়াউ অমুক্‌ ওল্‌হন্‌
মী অমুক্‌ ওল্‌হন্‌ য়াউ অমুক্‌ ওল্‌হন্‌
ঐখোয়্‌বু শান্নরক্লিবা কুইরে মনীংতম্না
জাদুগী চৈ পায়বী তমথীবী শার্সিনা।
অসুক্‌ কুইবা মতম্‌ অসি ঐখোয়্‌
খাঙ্‌দুনতা লাক্লি অশিববু কিবদগী
নোংমা শোয়্‌দনা চৎলগদবা মোংফম্‌গী
খোঙ্‌চৎ অদুবু তুকচ্ছবদগী
শাদা শা ওইনা নৎত্রগা তাইফেৎ তাইরবা
তঙীং তঙীংলবা অশিবা ওইনা
লোম্বোক্রুবা হায়নীংবা কয়াসু হায়্‌ঙম্‌দ্রবা
ঊনা ঊনা থম্মোয়্‌দা করিসু ফাওদ্রবা।
ঙসিদি ঐখোয়্‌ অমুক্‌ খাঙ্‌বা ঙম্লক্রে মরূপ্‌
অওৎ অনৈ অসে।
তঙাইফদ্রবা লান্‌ফম্‌ অমনা ঐখোয়্‌বু ঙাইহিরি
তম্‌থীবী শার্সি অসিগী মঙক্‌ কক্‌থৎনবা
নত্রগা ঐখোয়্‌ শিজখিনবা।
অনৌবা পুন্সিগী ইতিহাস্‌ অমনা
ঐখোয়্‌বু য়াম্না ৱারৌনা
মূনা মূনা য়েংলক্লে অমম্বা লৈচীল্‌ মরক্তগী।

*২০ / ৭ / ২০০৩*
*টি বি হোস্পিটাল্‌।*

## শৈরেং

শৈরেং, ঐনা নঙ্বু চেৎনা কোন্সিঞ্জে
ঐগী ইমানা ঐবু থাদোক্পীরম্বা মীৎকুপ্তা
পীল্লিবা ইচাগা শেৎনবা মীৎকুপ্তা।
নঙ্দি ঐগী থম্মোয়্গী নিংঙাই তৌফম্নি।
কনাদসু তম্নীংদ্রবা অৱাবা পাউদম্
কয়াগী তম্নজফম্ মরূপ্নি।
নোংদম্বনা তাথীবীর মীওই কয়াগী মীৎমাংদা
উরোক্লুম্ পাইরি নঙ্না
ফূইর নোংদুম্ অমগী পাউজেল্ পুরদুনা
চাক্ল কনাগী থম্মোয় লৈকংলাদা শম্দুনা।
লৈরাং শাৎত্র লৈকোল্শিংদা
পাইরি নঙ্না তুফাং খপ্না
য়েন্নীংথাগী পাউজেল্ পুবা খোইনীং ওইনা।
অদুনা শৈরেং —
নঙ্গা কায়্নবা মীৎকুপ্ অদুদদি
লেপ্খিসনু ঐগী থম্মোয়্গী মিহুন্সু।

*৩১ / ৫ / ২০০৩*
*তেরা।*

# য়েন্নীংথাগী অয়ুক্শিংদা

য়েন্নীংথাগী অয়ুক্শিংদা
নাপু ম্চুগী লৈশিং মোমোন্ নোক্লা চিংথোক্লি

*য়েন্নীংথা নঙনা খোঙ্দোই হুল্লকপসিদা / ১২৮*

নাপু মচুগী ইন্নফি ।
ফীজিনা তংখায় খুমজিন্‌গে হোৎনরি মালেম্‌গী মাইথোংবু ।
লাঙৃতক্লনা পাইরি অঙৌবা কুরাক্‌শিং ।
মখোয়্‌গী লুপা মচুগী মসাশিংগী ঈথক্কা
নাপু মচুগী লৈশিংগী ঈথক্কা তপ্না তপ্না লেংগোন্নরি ।
মীৎকুপ্‌সিদা লোৎকদবগী হোৎনরি অঙাঙ্‌বা লৈশিংগী
অয়াক্‌পা মীৎ থকহন্‌বা মচু
ইকাইজরদুনা মহাক্কী চন্নফম্‌ লৈত্রে খঞ্জদুনা ।
কনানো থেক্ক থেক নৌগ নৌ
জগোয়্‌ খূথেক্‌ তল্লিবী
চাক্ল মরুগী মৈশা মনিল্‌বু
লৈরোল্‌ চনশিল্লগে মতাগুম্‌
রুনু ঝুনু রুনু ঝুনু
খোঙজিগী মখোল্‌ থোকহল্লীবী ?
শ্রিং শ্রাং শ্রিং শ্রাং খূজিগী মখোল্‌ নাইহন্দুনা
য়েন্নীংথাগী অয়ুক্‌শিংদা অনৌবা পাউজেল্‌ পুরক্লিবী !
অথাপ্পদা অনক্‌পদা তারি থৌদু নূংশিং
মমিশিংনা নন্সিল্লদুনা লৈকঙ্‌লাগী থবাক্তা ।
মখোয়্‌গী লৈতোল্‌শিং ঈখৌ লাংজরক্লিবা কুইরক্লে
ওঙ্গোক্লসু কুইরক্লে ।
চীনবাল্‌শিংসু খ্রক্‌ খ্রক্‌ কংলে
খনাউশিংসু খ্রক্‌ খ্রক্‌ কংলে
অদুবু তনিক্‌ তনিক্‌ কাংগাং কাংগাং
কাথোক্লি লাঙ্‌তক্লনা কুম্‌গী ঈরিক অমত্তং ঙাইজদুনা ।
করম্বা চক্‌ অমদা কোক্কদগে ঈখৌলাংবা
মৈশা মনীল্‌গী নুংশাশ্বর কোক্কদগে করম্মা ?
মতমগী পূংলোন্দি হোংলক্লি তপ্না তপ্না ।
নীংখায়খ্রে ওজিমান্দিয়াস্‌
ঈজিপ্তগী লৈঙোই লম্পাক্তা ।

ঊফুল্ মরীক্ অমত্তং
ওহ, লৈঙোই মরীক্ অমত্তং
চেক্তেক্ চেক্কুপ্ চেক্তেক্ চেক্কুপ্।
নিংথৌরেল্ কয়াগী নীংশিং ফূরা
অথৌবা কয়াগী লান্গী লাল্লাউতনা নিনখ্রবা
মীওইবগী ইতিহাসকী চেনা থন্না নৌহৌনা য়েক্করিবা শক্তম্শিং
কলাকারগী তুরিগী শাথেক্কত্তা
শিল্পীশিংগী অহক্পা নূংগী মূর্ত্তীশিংগী
অহৌবা খোল্লাউতনা নক্ষত্রখ্রবরা
অদুঙৈগী নিংথৌ মচাশিংগী লান্ঙম্ পূংখোল্?
জগোয় শাবী অপসরাশিংগী
খোঙজি খূজি মখোল্না নীংখায়হল্লবা মতম্গী
সভ্যতাগী ৱাংলবা থম্মোয় পান্দ্রবা ফূরা দলান্শিংগী
চেক্তেক্ চেক্কুপ্লক্তা মোমোন নোক্লা
তনৌ তনৌ থিনগৎলক্লিবা য়েন্নীংথাগী
নাপু মচুগী লৈশিংগী ঈথক্লা
মাইথীবা পীরম্লগা তপ্না তপ্না নামিবা নুংশিত্তা
হাই হুন্না লৈশাং তল্লিবা লৈপাল্শিংদা
মথোই হাপ্লিব্রা রুনু ঝুনু রুনু ঝুনু?
চাক্লবা লৈকংলাগী থবাক্তা
অমংবা কুম্গী নোংগী মমি
নোংথাংগী শাথেক্
শজি মীত্তা তারবী ইনখৎলক্পী শনৌশিংগী
মথংলেন্ কনাবু ঙাইজবগী বিবোন্ চিবোন্ নাপ্না চীক্লা
মতারোইশিংগা ৱাতান্নজবা
ঙাইরি লৈকংলা মঙলান্ অমা চেৎনা থাগোঞ্জদুনা
য়েন্নীংথাগী অয়ুক্শিংদা
ঙাইদুনতা লাক্লবা মহাক্কী পুন্সিনা।

*মে, ২০০৬*

# কবি মীনকেতন্দা

কুম্জা কয়া হৌখ্রে নঙ্না খোঙ্দোই হন্খিবা
অমম্ লৈশানুংদা তিন্খ্রে নঙ্গী
মাঙ্বা নাইবা লৃ তোংগী হক্চাংনা।
অদুবু তম্থীরবা মোংফম্গী
পেন্নাইদ্রবা খয়াৎনুংদগী
নোংমা নোংমগী শাংদোরক্লি
নঙ্গী চাউ শাংলবা য়োৎকী পাম্বোম্শিংদি
কনানসু মায়্থীবা পীবা ঙম্দনা।
মতম্গী ঈথক্লা চামথোক্খ্রবা খোঙ্গুল্শিংগী লক্তা
মৃৎলু হায়্বা য়াদনা তাহৌরিবা নঙ্গী মার্ খোঙ্গুলশিংনা
নোংমা নোংমগী ময়েক্ লাবা হেল্লক্লি।
নখৃৎনা থাজরম্না লৈরাং চারশিংনা শারেপ ফা
মচু মচুগী মপাল্শিংনা লৈশাৎ তম্
নুংশিবা লৈনম্গী ঈথক্লা মায়্কৈ খৃদিং থল্হৌরি।
অশৈবগী নিতাইপোদ
তলা মউ চাউথোইবদা পাল্লি হৈরাংশিং
হৈমুন্ ফারবা খোইমিৎ কারবা
অউবশিংবু তিলাং খয়োৎনহল্লিবা।
খৃৎহৈবা নঙ্গী তুরিনা য়েক্চবা চেক্লা পিথাদোইগী
শক্তম্না থব্রায় পান্ অহিংবা শক্তম্ ওইদুনা
লোয়্জিং লোইয়া খোন্ শাগল্ তুফাং য়ৈনা পাই
নুংশিবা কৌলোই শক্হৌরি থাদোই থাদোই পিথাদোই
লোক্মায় য়েংই থাদোইঙাক্
চীংমাই য়েংই থাদোই ঙাক্
থাদোই চাম্ম চাম্মনি
থাদোই লিশিং লিশিংনি।

মীওইববু নুংশিবগী ভাঙ্গোই পরেং খুৎপায় চেৎনা পায়,
পান্বোম্ ৱাংনা থাংগত্তুনা লেপ্লি নঙ্দি ঙসিসু
লেপ্খিগনি মুৎনাইদনা চীংজাওগুম্ নশোং ফল্লদুনা।
চীংনুং হারিগুম্ খোয়্রাঙ্হন্বা
অহীংগী তাম্নাগুম্ নুংওন্হন্বা
অশৈবা নঙ্গী খোঙ্হাংনা নিল্লি চীংমায় খূদিং
নরম্দম্গী লোক্মাই খূদিং।
নরোই ননাওশিংগী থম্মোয় খূদিং চেল্লি খোঙ্হাং য়ৈনা
চীংজুম্ লাইজগুম্ লূরবা নঙ্গী
তাইবংপান্ববু নুংশিবগী ঈরাওখোল্না ঙসিসু।
মসিদি তশেংনা অতাঙ্বনি।
হে অথোইবা শৈশক্পা
নঙ্গুম্ লৈশক লৈচু খন্বা হৈবা
পরেং শেন্বদা চঙ্খোন্বা শৈশক্পা অমা
লাক্খিগদ্রা নরম্দম্সিদা?
খূৎনা লান্থা ফংঙম্দ্রবা
অৱাংবা পামেল্গী উকারক্তা শাৎপী
খোংগুলমেলৈ, ক্যাক্লে, শম্জিরৈ, য়েরুম্লে
লৈরাংতবু থিদুনা শেমজরম্বা নীংথিবা নাচোম্না
পৎপা খুইবা লৈতনা লৈতেংলি ইমাগী নাপ্লদা।
মোমোন্ মীনোক্ তল্লি ঙসিসু মহাক্না
মশুং মমান্নবীশিংগী মমাঙ্দা
নঙ্গুম্বা মচা ফংজবগী।
নখূৎনা শেম্জরম্বা নাচোম্শিংগী লৈনম্না
হাইনা হুম্না চেন্না চোংনা শান্নরুগনি
পাক্ল সমুদ্রগী ঈপাক্থক্তা, তাইবংগী করিগুম্বা মচি অমদা
চীংলোন্ মাপল্ লাঙ্গোক্তুনা
নোংমা শোয়্দনা পুখিগনি
ক্যাক্তাগী নুংশিৎ নামিবনা।

২৮ / ৯ / ২০০৬

## পাউ

ইচীন্ ইরৈ পাল্লি ওইদবা ঙাঙ্নবা
ইমীৎ অনী পাল্লি ওইজ ওইথক্ য়েংনবা
ইনা অনী পাল্লি ওইজবা পাউ তানবা
ঐ মী ওইবি ঙসিসু মতম্সিগী চপ্চাবা
ঐনা কনাবু কিরুনি ?
ইখূৎ অনী য়াওরি মীগী মপোৎ হূনবা
ইখোঙ্ অনী য়াওরি মপাঙ্গল্ শোন্বা কাওনবা
ইকোক্ অমা য়াওরি ফত্ত লৌশিং তান্নবা
পূন্নমক্সিগী মথক্তা
থম্মোয়্ অমা পাল্লি মী হাৎপা ঙম্লবা
ঐ মী ওইরি ঙসিসু মতম্সিগী চপ্চাবা
ঐনা কনাবু কিরুনি ?
অদুবু ঐনা কিবা অমত্তংদি লৈ
ইশাগী ইমি উরগা মিংশেল্দা তারিবা।
ঐগুম্বা শক্ওই কয়া উরুরগা ঐগী অকোয়্বদা
ইশা ইথন্তদা হংজনীংলক্ই ঐসিবু করি জীবনো ?

*৮ / ১১ / ১৯৮২*
*লম্ফেল্ সনা কৈথেল্, নর্সেস হোষ্টেল্।*

## ঙসিগী ৱারী

ঙসি, নঙ্দি তশেংনা মীচম্শিংগী য়েক্লবনি।
নঙ্গী য়োৎকী য়াপঙ্না চীক্খায়রক্পদা
ঊফূল্ তাখি মিনুংশি, থম্মোয়্গী ৱারী, পিগী ৱারী।
নঙ্গী নূংগী চক্রিনা তক্খায়খ্রবা হক্চাংশিং
শরূ পোল্লাংদমক্ ঙায়্হৌরে।
মথঙ্গী মীৎকুপ্তা করি ওইনি?
নঙ্গী লৈবা য়োন্বগী কৈথেল্দা মমল্ ৱাংই অদুবু তান্নে
মীহাৎপগী মমল্, হূরান্বগী মমল্, নূপী মাঙ্হন্বগী মমল্
মায়্খুম্ ঊপ্পগী মমল্।
সূপ্নগী হিংনবগী খোল্লাউ অমা
চাক্ চখোম্ অমা
থিবদা চোকথরবশিংদি মচীঙাক্লি নঙ্গী
তাঙ্বল্দা ফন্না অঙম্বশিংগী।
অদুনা ঙসি, নঙ্দি তশেংনা মীচম্শিংগী য়েক্লবনি।

*৮ / ১১ / ১৯৮২*

*লম্ফেল্ সনা কৈথেল্, নর্সেস হোস্টেল্।*

# য়েক্লবসু মরূপ্সু

কুইরে, লায়্জৌরবা শোক্ফম্ অমগী চৈনা
থম্মোয়্দা চেৎনা কোন্দুনা লেপ্লক্লিবসে ঐনা কুইরে।
অদুগা, নঙ্ ঐগী মরক্তা লৈরিবা কোম্ অসিসু
অসুম্ অসুম্ লাওথোরক্লি।
কনানো মরূপ অদুগা কনানো য়েক্লবা ?
মরূপ্পা য়েক্লবা ওইরক্পা মীৎকুপ্তা
শেম্খি শোক্ফম্ কয়া থম্মোয়্ কয়াদা
হূ তৈরবা তেঞ্জৈশিংনা ফাওরেং লেংশিন্বীদুনা।
নঙ্গী খুত্তু পীরক্উ, থম্মু ঐগী লাইবক্তা
য়েংউ হুমাংনা চোৎলিবসিনি।
অদুগা অমুক্ থম্মু ঐগী থম্মোয়্দা
হুল্লিবা মিহুন্সিদি নঙ্গী থম্মোয়্দসুনি।
করিগুম্বা নঙনা পাল্লবদি অমুক্তা চৈরকউ ঐবু পেন্না
পাঙ্দবা হায়্না, মীথিবোং মিতম্বাল্ হায়্না।
ওক্লগে খূদিংমক্ ঙসিদি তরাম্না।
মায়্থীবা হায়্বসে পাঙ্দবশিংতগী মনারা ?
মায়্পাক্পগী ফীরাল্তবু য়ুংলগা নঙ্গী অপেন্বা ওইরব্রা ?
পুন্সি হায়্বসে মসি খক্তনা লোইরব্রা ?
ঙসিদি কৌজনীংই নঙ্বু মরূপ্ হায়্না
মরূপ্ অমদি য়েক্লবগী খেন্নবা লৈত্রবা ঙসিগী মালেম্সিদা।
কদায়্ পীয়ু নখূত্তু চেৎনা পায়্শিন্নসি অমুক্তং ঐগী খূৎকা।
অদুগা কোন্নসি চেৎনা য়াম্না চেৎনা ঐখোয়’নী।
মীৎকুপ্তুদা খঙ্গনি চৈনা খাঙ্লিবসে ঐতা নত্তে নঙ্সুনি।
কয়া কুইরবনো য়েক্লবা হায়্বা ব্রাহৈশিনা
হিংবগী মহক্সু খূদিং মাঙ্হল্লম্বা ?
লৈ শাৎত্র’ কংল’ লৈকোল্বু
ঐখোয়্না য়েংবা হৈনরম্বা
থম্মোয়্দা করিসু ফাওরম্দবা।

*এপ্রিল, ২০০৫*

# সিজোফ্রেনিয়া

ওছোক্লসু নুংশিজখি ওছোক্লসু পাম্মুজখি
মখোয়না মখোয়গী মমাবু।
মহাক্কী ঈহৌরকপা খোল্লাংবু খবুম থন্না থক্
মমীৎ মমীৎ মীৎচান্না
শরী পন্দোল্ লোম্খি পীক্লিবা মচাশিং
"নঙগীদমক্ শিজগে নঙ্গীদমক্ হিংজগে।
হোল্লিবা নুংশা শ্বর, হুল্লিবা মিহুন্সু
নঙ্গীনি ইমা নঙ্গীনি।"
মসিনা নহান্গী ৱারীনি।
ঙরাং অহীংদি অকন্বা নোংলৈ নুংশিংকী
শক্ফম্ কায়র অহীংনি।
অহীংদু করম্ হৌখি মহাক্লা করম্ লেন্খি
মচাশিংনা খঙ্হৌদে
নোংলৈ নুংশিৎ নংলিঙৈ।
ঙসিগী অয়ুক্ অঙন্বদদি
অঙাঙ্বা নুমিৎকী মশেক্লা কিথি-কিরুম্ য়েংলক্লি
হীক্থদুনা তারিবা মাগী লুতুং শম্বূল্
মকৃ মকৃবা মাগী ফীদুপ্ কায়র' ইন্নফি।
অহাঙ্বগা শীংনরি লম্মৈ চাক্খ্র' চীংদুম্শিং
ইংগিৎ অমা তৌরি তম্থীবা পূংজা অমগী
ওক্তবা মচা খরনা তম্থীনা শরাক্ তম্খিবা
অঙন্বা অয়ুক্কী নুংশিৎনা
হাথু হাথু কোয়চেন্ চেল্লি নুংশা থীনা
অনৌবা অহীং অমা খোঙ্শাল্লক্লে
থোরক্লগনু মঙাল্ য়াওদ্র' নুমিৎ নঙ্।

*১১ / ১ / ২০০৮*